# ꯑꯔꯥꯡꯐꯝ

# অরাংফম



**শ্রীমৎ ভক্তিস্বরূপ দমোদর স্বামী শ্রীপাদ**

ফাউণ্ডব: ইসকোন মণিপুব, ইযাবপোর্ট বোড, ইম্ফাল

*ধ্যান মুলং গুরু মূর্ত্তি*
*পূজা মুলং গুরু পদম্*
*মন্ত্র মুলং গুরু বাক্যং*
*মোক্ষ মুলং গুরু কৃপা*
*অজ্ঞান তিমিবান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জণ শালাকযা*
*চক্ষুরুন্মিলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরুবে নমঃ*

**লাইশ্রম মনাও সিংহ**
(মনোহব রূপ দাস)

অহানবা খুৎনম: জুলাই ২০১১ ইং হরিশয়ন
কোপী মশিং: ৫০০/-



অনীশুবা খুৎনম: এপ্রিল তাং ১৩, ২০১২ ইং শাজিবু চড়ক পূজা।
কোপী মশিং : ৫০০/-




লাইবিক ফংফম: "লাইবিক ইবা মশাগী য়ুম"
শাংজমৈ মখা-ৱাইখোম লৈকাই

লাইবিক অসিগী মরীদা অৱা-অনানচিংবা
থিদনা দায়িত্ব পুল্লমক লৌবিরিবা

শ্রীথোকচোম শম্ফবা সিংহ
(সার শিরোমণি দাস)
কোইরৌ থোংজু পাট-টু



মমল লুপা: ৯৫/-



**শ্রীশ্রীরাধাকৃষ্ণচন্দ্র**

ইসকোন মণিপুর, ইয়ারপোর্ট রোড, ইম্ফাল



**লাইশ্রম মনাও সিংহ**

(মনোহর রূপ দাস)

শিংজমৈ মখা ৱাইখোম লৈকাই

# পুক্নিংদা ফাউরকপা খরদং

ইনাক খুল্লবা ইজাতি অসিগী নাৎকি মচলশিংবু হেন্না মশক মচু থোকহন্দুনা মপুং ফাবা থৌরম ওইহনবদা 'অরাংফম' গী থৌদাং য়াম্না চাউই। অসিগুম্বা 'অরাংফম' হায়বা শীনফম অসিগী মরমদা ইকাইখুম্নজরিবা লৈবাক্লা শকখঙনরিবা অরাংফম মাম্মা শ্রীলাইশ্রম মনাও সিংহনা ইবা লাইরিক অসি প্রেস্তা লৈরিঙৈদা মাম্মগী খুথাংদগী পাবা ফংজহৌই। লাইরিক অসি চুম্নগী 'অরাংফম' হায়বসি করিনো, করম্বা মীশক্লা ওইগনি, করি থৌদাং য়াগনি হায়বনচিংবগী মরমদতমক ইবা নত্তে। তশেংনমক শীনফম অসি অইবা মশামক্লা চহি ১৫/২০ মুক চুপ্পা পায়দুনা হকথেংননা শীম্না পাঙথোক্লবা মতুংদা ফংলক্লবা এক্সপরিয়েন্স কয়াগী মমি লাইরিক অসিদা তাবা উবা ফংজে। ব্রাফম অসি কদাই ফাওবা চুম্বগে হায়বদুদি লাইরিক অসিবু পাবীরিবা খুদিংমক্লা খঙবীগনি।

মীওইবগী পুন্সিগী হেক পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী মনুংদা তঙাইফদনা চৎনবী অমা ওইনা পাঙথোক্লদুনা লাক্লিবা থৌরম কয়ামুক লৈরি। হায়বিবা থৌরমশিং অসি পাঙথোকপদা চঙবা পোৎলম, চৈরম, হৈথা, পোৎথা, হৈকৎ লৈকৎনচিংবগী মরমদা মরিক চুম্বা ব্রারোল লাইরিক অসিদা মচা খায়না ইদুনা য়াওরি। মসিদসু নত্তনা ইজাতি অসিদা হিন্দু ধর্ম্ম চঙলক্লবা মতুংদা পাঙথোরকখিবা ঈরাৎ-থৌনিগী থৌরমশিংদা অরাংফম অমনা খঙফম থোকপা পাঙথোকফম থোকপা থৌদাংশিংগী মরমদসু লাইরিক অসিদা ময়েক শেংনা ইদুনা য়াওরি। লাইরিক অসিদা চুম্নগী পাঙথোক্তবা য়াদ্রবা পুন্সিগী থৌনিরোলশিংগী মরমদা অরাংফমগী থৌদাংশিংবু মীয়ামদা খঙহনবদা নত্তনা থৌরম পাঙথোক্কদৌরিবা থৌবু (য়ুম্ন) শিংগী মরমদসু ইরি। মুন্না খন্থরুদ্রবদি লৈবাক মীমাংদা ইকাই ফিরুক খুম্নিংঙাই ওইবা থৌবুগী

থৌদাংশিংগী মনুংদা পাঙথোক্লিবা থৌরমদুদা লেঙবীরক্লিবা খ্বাই পুম্নমকপু ইকাই খুম্নবা উৎপা ওইনা অমদি থৌরমগী মনুং চনবা শরুক অমা ওইনা খুরুম্বগী মওংসি য়াম্নমক মরুওই। অসিগুম্বা মরুওইবা মওং অসি অফবা, অহৈবা, অখঙবা অরাংফমগী মতেংনা লৈবাক মচা তাবা থৌবু ওইহনবা ঙম্মী। ব্রাফমসিগী মতাংদা লাইরিক অসিগী 'খুরুম্বা' হায়বা তাক্কক অসিদা ময়েক শেংনা পল্লি।

তশেংনা হায়রবদা লাইরিক অসিনা ইজাতি অসিগী তঙাইফদনা পাঙথোকপা পোকপদগীনা শিবা ফাওবগী মনুংদা লৈরিবা থৌরম থৌনিরোলশিংগী পোৎচং চৈজংনচিংবগী মাংদা মীচম প্রজাশিংগী পুক্লিং লৌশিং ওইনবা অমদি নৌনা 'অরাংফম'গী শীনফমদা খোঙদারক্লিবা মীওইশিংগীদি লমজিং মৈরাগী মশক ওইরগনি হায়বা ব্রাখল্লোনসি থমজরি। নৌনা মহৈ মশিংগী লমদা খোঙদাদুনা হীরম অসিদা রিছার্চ তৌরক্লিবা মহৈরোইশিংগী কান্ননিংঙাই মচাক কয়া য়াওরবা অসিগুম্বা লাইরিক কয়া মথং মথং হীরমসিদা হকথেংননা খোঙদাবীরবা মাম্মনা পুথোকপীরকখিগনি হায়বগী থাজবা থমজরি।

**ডা. তোইজম চম্পা দেবী**
*এসোসিএট প্রোফেসর, মণিপুরী ডিপার্টমেন্ট*
*মণিপুর ইউনিভর্সিটি, কাংচুপ কোনুং*

ইম্ফাল: ১২/১০/২০১১
মেরাগী থাণিল, য়ুমশকৈশা

# য়াওফম তাকপা


| | হীরম | লমায় |
|---|---|---|
| ১। | অরাংফম অমসুং অরাংফমগী হৌরকফম | ১-৭ |
| ২। | অরাংপুরেনগী মতিক মগুণ | ৮-১১ |
| ৩। | লৈ, তুলসী মনা, হৈ খাগোক মনা অমসুং তিংথৌ হেকপা | ১২-১৬ |
| ৪। | লৈ চন্দন, ধুপ, দীপ অমসুং পানা | ১৭-১৯ |
| ৫। | লুহোংবা অমসুং মরী লৈনবা থৌরমশিং: ● মাঙ্গোলকাবা, ● ৱারোইপোৎ পুবা, ● হৈজিংপোৎ, ● বর বার্ত্তন, ● শ্রীগনেষাদি ষোড়শমাতৃিক পূজা, ● বর যাত্রা, ● কন্যা দান ● ঙা থাবী। | ২০-৩০ |
| ৬। | হৈজিংপোৎ অমসুং লুহোংবগী চংগদবা পোৎলমশিং ● নুপা ময়ুম, ● নুপী ময়ুম | ৩১-৩৩ |
| ৭। | ষষ্ঠী পূজা (ইপান থাবা) ● অয়ুক্তা ইপান থাবগী পোৎলমশিং: ● নুমিদাংৱাইরম ষষ্ঠী পূজা তৌবগী থৌরম ● মপানগী পূজা, ● মনুং ষষ্ঠী দেবীগী পূজা ● নুপী মপামদগী পোৎয়েংবদা পরক্কদবা পোৎলমশিং | ৩৪-৩৭ |
| ৮। | নাম করণম (মিং থোনবা) | ৩৮-৩৯ |
| ৯। | চউম্বা | ৪০-৪১ |

| | | |
|---|---|---|
| ১০। | জন্ম তিথি (মপোক্কী থাবান) পূজা:<br>● জন্ম তিথি নুমিৎ লৌবা,<br>● জন্ম তিথি পূজাগী পোৎলমশিং | ৪২-৪৪ |
| ১১। | চূড়াকরণ (নাহুৎপা):<br>● অধিবাসকী পোৎলমশিং,<br>● যজ্ঞ নুমিৎকী চঙগদবা পোৎলমশিং | ৪৫-৪৭ |
| ১২। | বিদ্যারম্ভ (লাইরিক তম্বা হৌবা) | ৪৮-৪৯ |
| ১৩। | উপনয়ণ (নুগুণ থাংবা/ লাইমিং লৌবা) | ৫০-৫১ |
| ১৪। | অরাংফম্না তোয়না শেম শাবা পোৎলম খরা:<br>● লৈ চন্দন, ● গন্ধ চন্দন,<br>● ঘট অমসুং ● ঘট পূজা,<br>● কাস্তা ● পুর্ণ পাত্র, ● লাইরিক পাঠ তৌবা<br>● সিধা, ● অথেন পোৎ | ৫২-৫৪ |
| ১৫। | পূজা অমসুং পূজাগী পোৎলম:<br>● দেব পূজা, ● পূজাগী পোৎলম তাকপা<br>● পঞ্চোপচাব (পোৎলম মঙা), ● দশোপচার (পোৎ তবা), ● ষোড়শোপচাব (পোৎলম তরাতক্ক),<br>● পঞ্চামৃতম্, ● পঞ্চ যজ্ঞ, ● পঞ্চবর্ণ গুবিকা (মচু মখল মঙা), ● পঞ্চশস্য, ● পঞ্চ গব্যাম,<br>● পঞ্চ কষায়, ● সর্ব্বৌষধি, ● সপ্তমৃত্তিকা,<br>● নব ধাতু, ● দ্বাদশ দান, ● ষোড়শ দান,<br>● পঞ্চ দেবতা | ৫৫-৬৩ |
| ১৬। | গৃহারম্ভ (য়ুম যাত্রা হুনবা) | ৬৪-৬৬ |
| ১৭। | গৃহপ্রবেশ (য়ুম শঙ্গাবা) | ৬৭-৬৮ |
| ১৮। | মণ্ডলি পূজা | ৬৯ |

| | | |
|---|---|---|
| ১৯। | সত্যনরায়ণ পূজা | ৭০-৭১ |
| ২০। | শনিদেব পূজা | ৭২-৭৩ |
| ২১। | | ৭৪ |
| ২২। | শিবরাত্রি পূজা | ৭৫-৭৬ |
| ২৩। | নবগ্রহ পূজা শান্তি | ৭৭-৭৯ |
| ২৪। | | ৮০-৮১ |
| ২৫। | সরস্বতী পূজা | ৮২ |
| ২৬। | নান্দিমুখ শ্রাদ্ধ | ৮৩-৮৪ |
| ২৭। | শিবা অমসুং মরী লৈনবা থৌরমশিং | ৮৫-৮৬ |
| ২৮। | অস্থি সঞ্চয় | ৮৭-৮৮ |
| ২৯। | চিড়া মহোৎসব —ভেক কৎনবা সেবা থৌরাং | ৮৯-৯১ |
| ৩০। | সংকীর্ত্তন: সংকীর্ত্তন অমসুং অরাংফম | ৯২-৯৯ |
| ৩১। | প্রেত শ্রাদ্ধ: শিবা নুমিৎকী থৌরমশিং, ● পুরক পিণ্ড দান, ● অস্থি সঞ্চয়, ● য়ুম শেংবা, ● চর্তুথ শান্তি, ● হেমগর্ভ তিন দান ● প্রেত শ্রাদ্ধ, ● শয্যাগী পোৎলমশিং ● শ্রাদ্ধা শোনবা হৌবা, ● ষোড়শদান কৎপা, ● অদ্য শ্রাদ্ধ শোনবা, ● সপিণ্ড করণ শোনবা | ১০০-১০৮ |
| ৩২। | সম্বৎসর (ফিরোয়) | ১০৯-১১০ |
| ৩৩। | প্রণাম বিধি (খুরম্বা) | ১১১-১১৩ |
| ৩৪। | দ্বাদশ তিলক | ১১৪-১১৩ |
| ৩৫। | তিন বঞ্চা | ১১৬-১১৮ |
| ৩৬। | পঞ্চ তত্ত্ব | ১১৯-১২১ |


* * *

# (১)

# অরাংফম অমসুং অরাংফমগী হৌরকফম

করিগুম্বা থবক থৌরম অমা পাংথোকপদা পাংথোক্লিবা থবক অদু য়াম্না মচু-তানা নীয়ম চুম্না মপুংফানা তৌবদা অশিন অরাং-তৌদুনা ফজনা সেবা তৌবা অদু অরাংফমগী থবক্নি। মীওইবনা মরুওইনা মৈতৈ জাতি ঐখোয়দা হেক পোকপদগী হৌরগা শিবা ফাওবদা থবক থৌরম ময়াম অমা পাংথোকই। খুদম ওইনা মরু ওইবা খরা পল্লবদা পোকপগী ষষ্ঠীদেবী পূজা ঈপান থাবা, চউম্বা, চুড়াকরণ- না হুৎপা, উপনয়ণ - নুগুন থাংবা, লুহোংবা, শ্রাদ্ধ—লান্ন-থৌরম, ফিরোই, য়ুম যাত্রা হুনবা - শঙ্গাবা লোয়ননা মখল মখলগী পূজাশিং পাংথোকপা অসিনচিংবশিং অসি নীতি-নীয়ম অমগী মখাদা অকক্লবা পোৎলম চৈরমগা লোয়ননা পাংথোক্লে। হায়রিবা থৌরমশিং অসি পাংথোকপদা অরাংফমগী থৌদাং চাওনা লৈ। অসিগুম্বা লাই-তিনগী, দেব-কম্মগী শোয়ফদবা থবক থৌরমশিং অসি পাংথোকপদা য়ুম্বু অদুনা অরাংফমদা শিন্নে। ওঝা গুরুগী লমজিং লমতাক মখাদা অরাংফম্না সেবা চংজৈ। অরাংফমগী সেবা য়াওদ্রবদি থবক থৌরমশিং অদু মপুং ফাদে। অদুনা অরাংফম করিনো হায়বা অদু মখাগী অসুম্না হায়বা য়াই:

*সমাজ অমদা মীওইবনা পোকপদগী শিবা ফাওবগী মনুংদা ধৰ্ম্ম-কৰ্ম্ম, লাইনিং লাইশোন অমদি অৰ্চ্চা-পূজানচিংবগা মরি লৈননা পরম্পরাদগী চৎনরকপা হীরম কয়া কয়াদা পাংথোকদৌরিবা থৌরম মপুং ফাবা অমসুং মঙ্গল ওইনবগীদমক য়ুম্বুনা হায়জবা মতুং ইন্না থৌরম অদু নীতি-নীয়ম কায়দনা পাংথোক্লবা ওঝা-গুরু নায়রক্লবা হৈ-শিংলবা মীনা শেম-শাবা অমদি অশিন-অয়াং তৌদুনা থৌরম পাংথোক্লিবা অদুদা মতেং পাংবা অমদি সেবা চংজবা অদু অরাংফম্নি। সেবা চংজরিবা মী অদুম্বুনা অয়াং-পুরেন হায়না খংনৈ।*

অদুনদি মথক্তা পল্লিবা অসিদগী ঐখোয়না খংলে মদুদি:

১) সমাজ অমগী মনুংদা লৈরিবা মীওইবা (মরু ওইনা মৈতৈ জাতি) ঐখোয়গী পোকপদগী শিবা ফাওবগী মনুংদা থোক্লিবা ধৰ্ম্ম-কৰ্ম্ম অমদি লাইনিং-লাইশোল লোয়ননা অৰ্চ্চা-পূজানচিংবা থৌরম পাংথোকপদা অরাংফমগা মরি লৈনৈ। পোক্লবা মতুংদা ষষ্ঠী পূজাবু তৌরবসু শিরগা শ্রাদ্ধ কৰ্ম্মবু পাংথোক্লবসু নৎত্রগা করিগুম্বা দেব-দেবী অমা পূজা কৎলবসু অরাংফম য়াওদ্রবদি থৌরম অদু পাংথোকপদা মপুং ইফা-ফাদে।

২) পাংথোক্কদৌরিবা থৌরম অদু ধৰ্ম্ম-কৰ্ম্মগা মরি লৈনবদা

নত্তনা পরম্পরাদগী চৎনরকপা ওইগদবনি। অসিগুম্বা থৌরমশিং অসি ঐখোয়গী অহল লমনশিংনা চহি কয়া কয়াগী মমাংদগী চৎনদুনা লাকপনা মসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা নীতি-নীয়ম ময়াম অমা চংই। মরম অদুনা হান্নদগী চৎনরকপা থৌদোক পাংথোকপদা পরম্পরা কায়দনা চৎথবদা হৈ শিংলবা অরাংফম্না সেবা চংবা তঙাই ফদে।

৩) য়ুম্বুনা থৌরম অদু পাংথোকহনগদৌরিবনি। পাংথোক্কদৌরিবনা মরি লৈনবা হৈশিংলবা হায়বদি হীরম অদুদা খঙ-হৈরবা মীনা পাংথোক্কদৌরিবনি। খুদম ওইনা হরি সংকীর্ত্তন কৎলগনা নাম শোনবা ঙম্লবা পুং-য়ৈবা, ঈশৈ শকপা অমদি মোইবুং খোঙবনচিংবশিংনা পাংথোক্কদৌরিবনি। পূজা তৌগদবা ওইরগনা হৈ শিংলবা ব্রাহ্মণ পূজারিনচিংবনা তৌগদৌরিবনি। অসিগুম্বা থৌরমশিং অসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা অশিন অরাং তৌবা অমদি পোৎলম চৈরম ফজনা শেম শাবা চঙই। নৎত্রবদি থবক থৌরম অদু ফজনা মপুং ফানা পাংথোকপা ওইথোক্তে। মতাং অসিদনি অরাংফমগী মফম চাওনা লৈরিবসি। মরম অসিদগী য়ুম্বুনা অরাংফম্বু সেবা চংবীনবা হায়জগনি।

৪) অরাংফমদি ওঝা-গুরু নায়বা মীতনা ওইগদবনি। থৌদোক অমা পাংথোক্লবা হোৎনবদা নীতি-নীয়ম ময়াম অমা চংই। হায়রিবা নীতি-নীয়মশিং অদু ঙাক্লা সেবা চঙগদবনি। নীতি-

নীয়মশিং অদু হৈশিংলবা ওঝা-গুরুশিংদগী নিংথীনা তমজরগা মপুং ফানা হৈরে হায়রবা মতমদা সেবা চংগদবনি। ওঝা গুরু নায়দনা ইতোমতা তমজরগা হৈরে খঞ্জবা মীনা সেবা চংলবদি অশোয়বা কয়া য়াওদুনা অপরাধ ওই।

৫) ফজনা শেম শাবা হৈবা মীতনা অরাংফম ওইগদবনি। অরাংফমগী শিনফম অসিসু ফজখ্রবা কলা অমনি। করম্না পোৎ-চৈ শেম শাগনি, ফজবা মওংদা হৈরুক, পানা, লা শেম্বা য়াৎপনচিংবশিং পুথোক্কনি হায়বনচিংবা অসিদা য়াম্না হৈ শিংলবা মী ওইগদবনি।

## অরাংফমগী হৌরকফম

মীওইবনা চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না ধর্ম্ম-কর্ম্ম অর্চ্চা-পূজা হেক লোয়নরকপা অমদি কলা সংস্কৃতি চাওখৎলকপা হেক হৌরকপদগী থবক থৌরমশিং পাংথোকপদা অরাংফমগী থৌদাং অদুম লোয়নরকখি। অরাংফমগী নুঙগী ওইবা অর্থ য়াম্না য়াম্মী। মসিগী তোঙান তোঙানবা ভাব অমদি রস লৈ। খুদম ওইনা ব্রজভাব, নবদ্বীপ ভাব অসিনচিংবশিং অসিনি। ব্রজভাবতা য়ুম্বুবু শ্রীমতি রাধিকানি খনগনি। ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণদা পাও তাকপনি। ইবেম্মগী য়াথং মতুং ইন্না ভাগাবতি পৌনামাশিদা শিন্নে। পৌনামাশিনা রঙ্গদেবী অমসুং মঞ্জুরি সখি অনিদা শিন্নদুনা লৈ চন্দন অমসুং পানা সেবা চংঙি। অমরোমদা চম্পকলতা অমসুং অনঙ্গ মঞ্জুরীনা লৈ-চন্দন সেবা চংঙি।

বার্তন ফংদুনা লেখবিরক্লিবা পুম্নমকপু কৃষ্ণমক্লি খনগনি। বার্তন চংপনা শ্রীরূপ মঞ্জুরীনি। শ্রীকৃষ্ণগা রাধিকাগা উন্নবা ফংজরে; অনিমক নুঙাইজরে। অনিমক্কী উন্নফমদু বৃন্দাবনগা পাঙখক ওইরে। অসুম্না লাকপীরিবশিংগা য়ুম্বুগা উন্নদুনা সংকীর্ত্তন মপুং ফানা পাংথোকপবু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শ্রীবৃন্দাবন ফংজবনি হায়না সাধনা তৌজে।

নবদ্বীপকী ভাবতা হরিদাসনা থার্ডমৈ সেবাদা, জগদানন্দনা ধুপ সেবাদা, রামানন্দনা গন্ধচন্দন সেবা, স্বরূপ দামোদরনা পান্ন সেবা অদুগা শিবানন্দনা সম্ভাসা ওই।

মৈতৈ লৈবাক্তা ঙল্লিঙৈ মতমদগী লাইনিং লাইশোল ইরাৎ-থৌনি, আর্চ্চা-পূজা তৌবদা অরাংফমগী থৌদাং শাগোন্নরক্লবসু শিনফম অমা ওইনা শ্রীযুৎ ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তগীদি য়াম্না ফজনা চাওখৎলে হায়বা য়াই। মতম অদু রাস, কীর্ত্তন, নট পালা, হরি সঙ্কীর্ত্তন নচিংবগী ফজনা মশা মরেং ফল্লদুনা চাওখৎলকপগা লোয়ননা অরাংফমগী শিনফম কায়াৎ ফজনা লৈবগী মওং লৈরকখি।

শকাব্দ ১৭০১ (খৃ: ১৭৭৯) দা লংথবাল কোনুংদা মন্দির শাবা লোয়দুনা হিয়াঙ্গৈ ৮নি পানবা ইরাই নুমিৎ পুং ৯ তাবা মতমদা শ্রীশ্রীগোবিন্দ অতোপ্পা লাই মরি বিজয় গোবিন্দ, গোপীনাথ, মদনমোহন, অনুপ্রভুগা লোয়ননা জিবন্যাস তৌদুনা পুন্না লেংশিনখি। হরি-উত্থান নুমিত্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌরগা লংথবাল কোনুংগী নটপালা, হরি সঙ্কীর্ত্তন্নচিংবা পাংথোক্লুনা চৎথখিবা থৌরমশিং অদুদা অরাংফমগী ফজবা ফিরেপ লৈখ্রবনি। মসিদা লা

শেৎপা, য়াংপা, লোনবনচিংবগী ফজ ফজবা মওং মতৌ অমদি মশক মওং নাইবা পোৎ চৈ শেম শাদুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংজবা য়ানবা মশক মওং কয়া কয়ানা থৌগল ফংজখি। অসুম তৌদুনা অরাংফমগী সেবাদা আচার বিচার খায়না মথং মথং চৎথরকখি।

শ্রীযুৎ চীঙথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) মহারাজ সনা হাক্তুক অসিদা শকাব্দ ১৭১২, পোইনু থাগী ১৪ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা অরাংশঙ অমদি ব্রায়েনশঙ মৈ চাকখিবগী ব্রা চৈথারোল কুম্বাবদা য়াওরি।

শ্রীযুৎ নরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তুক শকাব্দ ১৭৬৯ ইঙাগী থবান্দা শ্রীগোবিন্দজী সেবাদা ঙা মরু য়াওই হায়দুনা ঠাকুর লাইশঙ লাকপা তেববু ফম তাহনখি অদুগা পুজারি, লাই কৈরুংবা, দুহোন দন্দি পীখি।

শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্তিনা শ্রীগোবিন্দ সেবাদা শোয় হায়দুনা দুহোন খরা খাংঙবোক্তা থাখি অদুগা শকাব্দ ১৮৩৪ থব্রানগী ১৮ নি পানবদা ক্ষেত্রিময়ুম নিপা ৩২ গোবিন্দজীগী দুহোন হাপখিবগী ব্রা লৈ। অদুবু শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ মহারাজগী সনা হাক্তক্তা (শকাব্দ ১৮৩৮/ ১৯১৬ ইং) শ্রীগোবিন্দজীগী পে খল্লোয় হায়রবদা ক্ষেত্রিময়ুম দুহোন কাবর্মখে দুহোন লৌথোকখি।

শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সনা হাক্তুক অসিদদি অরাংফমগী নীতি নীয়মশিং অসি খরা খরা হাপচিল্লক্তুনা অয়ৌবি থাক্কী মশক থোকপা লৈবাক্কী ওইনা ফজরবা লল অমা ওইখি। সনা হাক্তুক অসিদনি পুজারি, মন্দির

সেবক, ভাণ্ডারি দুহোন, তান য়ৈবা, মোইবুং খোঙবা, মাইবা শঙলেন/ লোইশঙ, পাঞ্জি লোয়শঙ, অসিনচিংবা সেবা মখল মখলশিং অসিগী শঙ লিংখৎখি।

* * *

# (২)

# অরাংপুরেনগী মতিক মগুণ

অরাংফম ফম্বা অরায়বা শিনফম নত্তে। কনাগুম্বা অমনা ওঝা গুরু নায়দনা ঐ খংলে হৈরে হায়দুনা হেক্তা তৌশিনবা য়াবা থবক নত্তে। অরংফম ফম্বগী নুংগী ওইবা ভাব ময়াম অমা লৈ। হায়রিবা ভাবশিং অমদি হৈ-শিংবশিং অসি মতিক চাবা ওঝা গুরুদগী তমদুনা মদুগী নীতি-নীয়ম মুন্না খণ্ডদুনা অমদি মদুবু কায়দনা ইন্দুনা শ্রাদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা অরাংফম ফম্বগী থবক অদু তৌজরবদি পাংথোক্লিবা থৌরম অদু মপুং-ফানা লোয়দুনা মায় পাক্কনি অমসুং য়ুম্বু অদুগী মঙ্গল ওইবা ফংজগনি। অদু নৎত্রগদি অপরাধ ওইদুনা অরাংফম ফম্বা মশাসু অফবা ওইরোয় অদুগা য়ুম্বুসু মঙ্গল ওইররোয়।

মণিপুরদা মরুওইনা মৈতৈ জাতিদদি অয়াম্বনা ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক থৌরমশিং অসি গৌরিয়া বৈষ্ণব সম্প্রাদায়গী চৎনবিগী মখাদা অয়াম্বনা পাংথোকপা ওইনা তৌই। অদুনা হায়রিবা থৌরমশিং অসিদা মরুওইবা শরুক অমা য়াগদৌরিবা অরাংপুরেল অসিসু বৈষ্ণবগী লৈখোন লৈবা মীওইতনা ওইগদবনি। মতিকচাবা গুরুদগী প্রণনালিকা

লৌবা মীতনা অরাংফম ফমগদবনি। বৈষ্ণব তত্ত্ব নিংথীনা নৈনদুনা পঞ্চ তত্ত্ব নিংথীনা খংবা মী ওইগদবনি। শুদ্ধ ভক্তিগী মশক লৌনবা দ্বাদশ তিলক তৌগনি। তুলসি মালাগী উরিক্লা অহুম্লক কোয়দুনা ঙক্তা শিগনি। মচা তাবা লুগুণ থাঙ্গনি। ঙক্তা ফি য়েৎকনি। নামৈ হাপ্তুবা ফি শেৎপা য়াদে। ঈশৈগী তাল-মেল অমসুং মতাং মতাং খুদিংমক নিংথীনা খংগনি। আর্চ্চা পূজাগী নীতী নীয়মনচিংবা মতাং মতাংগা লোয়ননা খংজিনগনি। মশা-নানবা সেবা ফজবগা লোয়ননা ফজনা শেম শাবা হৈবা মীশক অমা ওইগদবনি।

অরাংফম সেবা চংবা অসি নীতি নীয়ম ময়াম অমা লৈ। খুদম ওইনা নীতি নীয়ম খায়না পোৎলম চৈরম শেম শাবা, য়েৎ-ওই নাইনা মফম চানা সেবা চংবা তাল-মেল খংনা মতম চানা-চানা থবক তৌবা অসিদা নত্তনা নুংগী ওইবা ভাব ময়াম অমা খংনা থবক তৌবা অসিনচিংবশিং ময়াম অমা চংই। মসি পুম্নমক ওঝা গুরুদগী ফংজগদৌরিবনি।

অরাংপুরেনগী থবক্তি শেম-শাবা, সেবা তৌবা অমসুং মতেং পাংবা ওইজরবসু তৌরিবা পাংথোক্লিবা মরুওইবা থবক অদুগী হেক হৌবদগী লোয়বা ফাওবা থৌদোক অদুগী মরমদা খংদবা য়াদে। খুদম ওইনা হরি সঙ্কীর্ত্তন সেবা চংলবসু নৎত্রগা করিগুম্বা দেব-দেবী পূজা অমা তৌরবসু পাংথোক্লিবা থৌরম অদুগী হীরম খুদিংমক অরাং পুরেন্না খংদুনা চংগদবা পোৎলম চৈরম পুম্নমক শিল-লাংদুনা শেম শারগা অমসুং অরাংফম্না সঙ্কীর্ত্তন হৌদ্রিঙৈ মমাংদা ঘট পূজা কৎতুনা



ধুপ থাউমৈ য়াওনা ইবেম্মগী মফমদা চংজগনি, ইবুংঙোবু খুরুমজগনি। সঙ্কীর্ত্তন হৌনবগীদমক ঈশৈহনবা দুহার অমসুং পুংয়ৈবা ওঝাশিংনা অরাংফমদা চংদুনা ঘট পূজাদগী য়াথং লৌগনি। অরাংপুরেন্না য়ারে হায়বগী য়াথং লৌগনি। অরাংপুরেন্না য়ারে হায়বগী য়াথং পান্ন তাঙ্গা অমসুং লৈ পীদুনা খঙহনগনি। সঙ্কীর্ত্তন হৌনবগীদমক ফিজেৎ লৈতেংলবা পুম্নমক্না মান্দোপ ময়াইদা চংলবা মতুংদা অরাংফম্না হৌনবি মতুংইন্না লৈ-চন্দন, পান্ন অমসুং বোড়ি ফি কৎকনি। সঙ্কীর্ত্তন মূর্ত্তিদা য়াওরিবা রাগ, সঞ্চায়, তিনতাল, ঘাট, মেল, তানচপ, মেনকুপ অসিনচিংবা ময়াম অসিগী মতাং মতাং খংজিনগদবনি অদুগা মতাং মতাংগী সেবা চংগনি। খুদম ওইনা মেনকুপ্তা সম্ভোগ অমসুং স্বাধিন লৈ। সম্ভোগনা মধুর প্রেমলি, স্বাধিন্না ইবেম্মগী ফীজেৎ লৈতেংবনি। মতাং অসিদা লৈ-চন্দন, ফিনচিংবা সেবা চংগনি।

অরাং পুরেন্না মাগী কলাগী হৈশিংবা অদু ফজনা উৎথোকই। করিগুম্বা থৌদোক অমদা চংলিবা পোৎলম চৈরমশিং অদু শেম শাব থবক অদু ইচম চম্বা মী অমনা হেক্তা তৌবা য়াবা নত্তে। লাগী লাখনশিংনা শেম্লিবা পান্না তাঙ্গা শুনুচপ, লাতনা শেম্বা ফজপ্রবা বেরিশিং, দোনাশিং, মখল মখলগী লাকোয়শিং কয়া কয়ানা নিংথীজবা মওংদা শেম্লগা ইবুঙোগী মাংদা কৎলিবা হৈরুকশিং মওং চানা চানা ফজবা লাকোয়দা কৎলিবা লৈখলশিং, পুম্নমক অসি অরাং পুরেলগী কলাগী পোৎথোক্লি।

অরাংপুরেনগী নিংথীজরবা হকচাংদা দ্বাদশ তিলক্না ঈলং-লংনা লৈতেংবা, ঙকশমদা তুলশি মালাগী অহুম্নক ওল্লবা উরিক পরেংনা লৈতেংবা, মচা তারবা নুগুন্না ওইগী লেংজুমদগী য়েৎ ওইননা য়াম্থরিবা, ঙক্তা ফি য়েত্তুনা ঙৌরোক ঙৌরবা ফিজোন্না লৈতেংলবা, খুত্তা পোৎলম খরা পায়দুনা সেবাগীদমক্তা চীং লেম্না হরি সঙ্কীর্ত্তন ময়াইদা চংলকপদি থোইদোক্না পুক্লিং হুনিঙাইনি। শিরিবা তুলসি মালা পরেং অহুম ওনবা অদু চুম্নগী অচম্বা মালা পরেং নত্তে, ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বর অহুমগী মশক্তি। লেংবান্দা থাংলিবা নুগুণ অসিসু অচম্বা নত্তে, ব্রহ্ম গায়ত্রী হায়বা অদুনি। মসিনা হয়েং শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা পুশিনবিগদৌরিবনি। অদুগা লাইবক্তা অমদি অতৈ হকচাংগী মফম তরানিথোয়দা থিল্লিবা চন্দন অসিনা থা তরানিথোই অসিগী দেবতা তরানিথোই লৈরিবনি। লাইবক্তা চন্দন থিনদনা তৌবা সেবা অদুদি শ্রীকৃষ্ণনা মিৎচিনা ফাওবা য়েংবিদে, মানা তৌরিবা পুম্নমক অরেম্বনি।

***

# (৩)

# লৈ, তুলসীমনা, হৈ খাগোক মনা অমসুং তিংথৌ হেকপা

লৈ, তুলসী মনা, হৈ খাগোক মনা অমসুং তিংথৌনচিংবশিং অসি পূজা অৰ্চ্চা তৌবদা য়াম্না মরুওইনা চংবা পোৎলমশিংনি। মখোয়শিং অসি হেকপগী নীয়ম খর লৈ। নীয়মশিং অসি ইন্দনা হেক্লগা হেক্তা লাইদা কৎপা অৰ্চ্চা পূজাদা শিজিন্নবা য়াদে। মখাদা শন্নপ্না মখোয়শিং অসি হেকপগী নীয়ম খরা পীরি:

**লৈ হেকপা:** ইরুজদ্রিঙৈদা লৈ হেক্কনি। ছিদ্র লৈতবা, মনম চেনবা, তিনচং কাইজংদবা য়েংবদা ফজবা লৈশিংতবু হেক্কনি। লৈবাক্তা তারবা, শম-না য়াওরবা, শেৎন ইন্নবা ফিনা য়োমলুরবা, মপু তাক্তনা হেক্লকপা, কৈথেন্দগী লৈরকপা, মনম নমথোক্লুরবা ঈশিংদা চান্নুরবা লৈ ঈশ্বরদা কৎপা য়াদ্রে, কৎলবসু ফল লৈত্রে। শিঙ্গারৈ অমসুং বকুলদি লৈবাক্তা তারবসু কৎপা য়াই। অপোম্বা অমদি পোমশাৎনবা লৈ হেকফদে অদুবু লৈহাও, থরো, থম্বাল অমসুং কুন্দোনচিংবা লৈশিংদি অপোম্বা অমসুং পোমশাৎনবা কৎপদা দোষ

লৈতে। নোংলেনবা লৈদি অয়াম্বনা কৎনদে অদুবু থরো থম্বালদি নুমিৎ মঙানি ফাওবগী মনুংদা হেকলকপা অদু কৎপা য়াই, মঙানিদগী হেল্লবদি কৎপা য়াদ্রে । অদুগা বকুলদি কংলবা ফাওবদা মগুণ লৈ অদুনা শিজিন্নবা লাইদা কৎপদা দোষ লৈতে। থরো অঙৌবা অমসুং শিঙ্গারৈ শরত থা হায়বদি থব্রান লাংবন্দা কৎপা য়াই অতৈ মতমদদি কৎপা য়াদে দোষ লৈ। কুন্দোদি মহাদেব পূজাদা কৎপ তৌহৈদে অদুগা অঙ্গোৎ অমদি পরিজাৎনা লাই নুপী দেবীশিংদা কৎপা য়াদে। সূর্য্য পূজাদা ময়াং কবোকলৈ কৎপা য়াদে।

**তুলসী হেকপা:** তুলসী ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা খ্বাইদগী পামজবা পাম্বিনি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা করিগুম্বা অমতং কৎচবদা তুলসী পত্র (মনা) নৎত্রগা মঞ্জুরি যাওদ্রবদি (তাদ্রবদি) কৎলিবা অদু ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লৌবিবদি লায়রদনা মিৎচীনফাওবা হন্না য়েংবিদ্রে হায়রিবনি। শ্রীঅদ্বৈতচার্য্য প্রভুনা গঙ্গাগী জলগা লোয়ননা তুলসী মঞ্জরিবু অতৎপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা কৎচবনা ইবুংঙোনা পেনবিদুনা মনাইগী অপাম্বা থুংহন্নবা মর্ত্তদা অবতার তৌবিরৈ। অসিগুম্বা অর্চ্চা পূজা নিত্য পূজাদা অসুক মরু ওইবা তুলসী পত্র নৎত্রগা মঞ্জরি পাক হেক হেক্লগা কৎপা য়াদে। নীতি নীয়ম কায়দনা হেক্কনি।

ঈরুজরগা তুলসী হেক্কনি, ঈরুজদ্রিঙৈদা তুলসী হেকপা য়াদে। লাইমিং লৌদ্রিবা অঙাংনা হেকপসু লাইদা কৎহৈদে। তুলসী মন্ত্র থীদুনা খুবাক অহুম্লক খুরগা খুৎদোনবী য়াওদনা খুৎশা মরি মরি তিংথোকুনা

খুৎ অনিনা যতন তৌনা হেক্কনি। খুজিন্না শিক্লগা হেকপা মশা শেতৎপনচিংবা য়াদে। হেক্লমদাইদা ভগবান্দা কৎনবা মনা খরা হেকচগে দোষ খিবিক ঙাকপীয়ু হায়জগনি। মঞ্জুরি হেক্লবগীদমক্তদি মঞ্জুরিগী নাক য়েত্তা মনা অমমম হায়বদি মনা অনি খাক্লগা হেক্কনি।

সন্ধ্যা মতম হায়বদি নুমিদাংৱাইরম অমদি অহিংগী মতমদা তুলসী হেকপা য়াদে। থাশি, পুর্ণিমা অমদি দ্বাদশী নুমিৎশিংদা তুলসী মনা হেকপা য়াদে। অকনবা দোষ লৈ। হায়রিবা হেকপা য়াদবা নুমিৎশিং অমদি মতমশিং অসিদা কৎননবা বৈষ্ণবশিংদি হান্নবা অফবা মতম অমদি নুমিৎ য়েংলগা মরাং কায়না হেকচিন্দুনা থম্মে। অদুনা কৎকে হায়বা মতমদা কৎনবা অৱাৎপা লৈহন্দে। মরমদি তুলসী অসিদি নুমিৎ অকক্লবা লৈতনা পূজা অর্চ্চাদা শিজিন্নে, কংলবা ফাওবদা মগুণ লৈ, নোং লেনবগী দোষ লৈতে। তঙায় ফদ্রবদি হান্ন কৎখিবা অকংবা মনা অদু ফাওবদা ফজনা চামথোক্লগা কৎপদা অদুম মগুণ মাংদে, মহৈ লৈ।

তোয়না থোক্লিবা ৱাফমদি বৈষ্ণবকী ইমুং নত্তবা অতৈ ইমুংশিংদা তুলসী হেকচিল্লগা থমহৌবা অসি কয়া থোইনা তৌনদে। অদুবু গৌরিয়া সম্প্রদায়গী মনুংদা পাংথোক্কদবা অর্চ্চা পূজানচিংবা থৌরমশিং, মথক্তা পনখ্রিবা তুলসী হেকপা য়াদবা নুমিৎশিং অসিদা হায়বদি থাশি, পুর্ণিমা, দ্বাদশীনচিংবা নুমিৎশিং অসিদা পাংথোকপা তারবদি কৎচরিবা মী হায়বদি য়ুম্বু অদুনা তৌজরিবা অমদি কৎচরিবা অদু মহৈ য়ানজনবা অসিন-অরাং তৌবিরিবা অরাংফম অদুনা হান্নবা

হেক্কুনা থন্নবা তুলসী পত্র পুবিরক্লগা কৎপদা য়াওবিরবদি পুম্নমক্কী ওইনা অফবা হায়বা অদু ওইরে। মতাং অসিদা অরাং পুরেল ওইবিরিবা অদু তঙায় ফদনা বৈষ্ণব ওইবগী মরু ওই।

**হৈ খাগোক মনা হেকপা:** পূজা খুদিংমক্তা নৎত্রবসু অকক্লবা পূজা খরদা তৈ খাগোক মনা য়াম্না মরু ওই । হৈ খাগোক মনাসু তুলসীগুম্না থাশি, পুর্ণিমা অমসুং দ্বাদশী নুমিৎশিংদা হেকপা য়াদে। নোংমগী মনুংদনা নুমিৎয়ুংবা মতম, নুমিদাংৱাই অমদি অহিংদা হৈ খাগোক মনা হেকপা দোষ লৈ। হৌবদা ঙাইরিবা উনৌ ওইরিবা, মহৈ য়ান্দবা হৈ খাগোক্কী মনানা অৰ্চ্চা পূজাদা শিজিন্নবা য়াদে। শিদ্র লৈতবা, শেগায়-তুখায় য়াওদবা মনাতমক খুৎ য়েৎনা য়াম্না চেকশিন্না হেকপীগনি। মশা মরেং থুদেকফদে। হৈ খাগোক মনাসু তুলসীগুম্না নুমিৎ অকক্লবা লৈতনা পূজা অৰ্চ্চাদা শিজিন্নবা য়াই। মাদি নোংলেনবগী মগুণ মাংদে অদুম অকংবনা ওইরবসু কৎপদা মহৈ ফংই। অদুনা হেকপা য়াদবা নুমিৎশিং অসিদা তৌগদবা পূজাশিংদা কৎনবা হান্ননা অফবা মতম অমদি হেকপা য়াবা নুমিৎশিং অসিদা হেকচিন্দুনা থমগনি। ঈশিং খিতোক্লবা মনাতনা পূজাদা শিজিন্নগনি অদুবু ঈশিং খিক্তোক চামথোকপদা মনাগী মতোনশিং অদুদি শোকহল্লোইদবনি।

**তিংথৌ হেকপা:** পূজা অৰ্চ্চাদা তিংথৌ য়াম্না শিজিন্নবা নাপী মখল অমনি। তিংথৌদি অয়ুক্তা হেক্কনি। অশেংবা মফমদা হৌবা তিংথৌদমক হেক্কনি। করিগুম্বা পূজা অদুনা শিব মহাদেবগী ওইরবদি

ময়োল লৌথোক্লগা (শৎলগা) মনা অহুমতমক পানহনগনি। অসিগুম্বা ইপা ইপুগী পিতৃকর্ম্মদসু ময়োন য়াওদবা তিংথৌতমক কৎকনি। অতৈ লাইশিং অমদি অহিংবা জীবগী মরিদা তৌবা পূজাশিংদদি ময়োল (মতোল) শৎপা য়াদে, ময়োলগা লোয়ননা মনা মঙা মঙা পানবশিং কৎকদবনি। নোংমাইজিং নুমিত্তা পূজাগীদমক তিংথৌ হেকপা য়াদে।

* * *

(৪)

# লৈ-চন্দন,
# ধূপ দীপ অমসুং পানা

মণিপুরদা চৎনরিবা গৌরিয়া সম্প্রদায়গী মনুংদা পাংথোকপা কীর্ত্তন, সঙ্কীর্ত্তন অমদি নট সঙ্কীর্ত্তননচিংবা থৌরমশিং অমদি পূজা অর্চ্চানচিংবদা লৈ-চন্দন, ধুপ, দীপ অমসুং পানা গী থৌদাংশিং অসি য়াম্না চাওখ্রে, মখোয়গী নুংগী ওইবা ভাব অর্থ য়াম্না লৈ অমসুং ফজখ্রবা নীতিনি। ব্রজভাব অমসুং নবদ্বীপ ভাবতা সেবাগী মশক ওইনা মাগী মাগী মতাংদা শিজিন্নে। লৈনা সন্দেস ওইনা, ধুপনা মনম ওইনা পান্ননা রস ওইনা শিজিন্নরিবনি। তিনবাঞ্চা ফোংদোকপগী অর্থ লৈ। মরম অসিদগী অরাংফম্না লৈ-চন্দন পান্না সেবানচিংবা চংলিবনি। বার্ত্তন কৎপদা লৈ-চন্দন পানা নৎত্রগা ঙমজবা পোৎশক্না কৎচবা য়াই। অদুবু ঈশ্বর দেব দেবীদা কৎপদা মীচমদা কৎপগা খেন্নবা খরদি লৈ। ঈশ্বরদা বার্ত্তন কৎপদি লৈ অঙৌবা, পান্ন তাঙ্গদা ক্না মপুম

অখেৎপা ওইনা হাপকনি। পানা তাঙ্গনা বার্ত্তন চৎপদা শুনু হিদাকমনা শিংনচিংবা হাপ্পা য়াদে, য়ুবি অনৌবদি লৈগী মহুৎ শিন্দুনা হাপ্পা য়াই।

য়ুম্বু অমসুং অরাংফম্না সঙ্কীর্ত্তন হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ধুপ থাডৈমে থান্দুনা ঘট পূজা কৎকনি। ইবেম্মগী মফমদা চংজরগা লেংশিনবিরক্লিবা ইবুংঙোগী মফমদা (আসন্দা) লৈ কৎচগনি। মান্দোপকী ময়ায়দা বৃন্দা দেবী মখোঙদা ইবুঙোগী আসন থারগা ধুপ, দীপ, লৈ চন্দন, পান্না হৈরুক্লচিংবা কৎচগনি। সঙ্কীর্ত্তন হৌরমদাইদা পুংয়ৈবা ঈশৈ হনবা দুহাবনচিংবনা অবাংফমদা চংদুনা ঘট পূজাদগী যাথং লৌগনি। অরাংফম্না লৈ, পান্ন তাঙ্গা পীদুনা সঙ্কীর্ত্তন হৌবা য়ারে খংহনগনি।

লেঙবিরক্লিবা ভাবক খুদিংমকপু স্বাগত তৌবা ওইনা লৈ-চন্দন পান্ননচিংবা কৎচগনি। লৈ-চন্দন কৎত্রবা ভাবক অদুদি স্বাগত তৌদ্রবা ভাবক ওইরে। বার্ত্তন কৎচদুনা লেঙবিরক্লিবা খুদিংমক ইবুংঙোমক্লি খঞ্জগনি। অদুনা মতিকচানা স্বাগত তৌরবদি ইবুঙো মাবু মীরায়বগী দোষ লৈতে।

মান্দোপ ময়ায়দা পুংয়ৈবা ঈশৈ শকপশিংনা কোইদুনা সঙ্কীর্ত্তন হৌরমদাইদা অরাংফম্না হৌনবি মতুং ইন্না লৈ-চন্দন, পান্না অমসুং বোরি ফি কৎকনি। সঙ্কীর্ত্তনগী ওইনা লৈ চন্দন হাপ্পগী পাত্র সেম্পাক মখল অহুম থোক্লা খাইনা থমগনি। ইবেম্মা পৌনামশিনা ঘট পূজাদা শিজিন্নবা অমা, অনিশুবদা সংকীর্ত্তন হৌনবগী মান্দোপ মপু পুং অমসুং করতাল পূজাদা শিজিন্ননবা অমা অদুগা অহুম শুবদা সম্ভোগ,

স্বাধিন লোয়রগা চন্দন অমসুং পান্না সেবা চংনবা অমা।

সঙ্কীর্ত্তন লৈ-চন্দন চংবদা লোয়নবা পান্ন তাঙ্গদা হিদাকমনা শুনুনচিংবা হাপ্পা য়াদে। মেন থারবা মতুংদা খুৎয়েন ওইনা য়েনবা পান্নদদি শুনু হিদাকমনা হাপ্প য়াই।

মণিপুরগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়দা চৎনরিবা লা-তাঙ্গা লোনব অসিগী নুংগী ওইবা ভাবতি ইবেম্ম ইবুঙো অনিগী মশক্তি। পান্ন মনানা ইবেম্মগী মশক্তি, ক্বানা ইবুঙোগী মশক্তি। মশুং অহুম হাপলিবা অদুনা তিন বাঞ্ঝা ফোংদোকপনি। মশুং অহুমদগী হেন্না হাপ্পা পান্নশিংদি মাগী মাগী অর্থ তোঙাল্লি। পান্নদা লাগী লাখাং থা মচেৎ শানা হাপলিবা অদুনা ভক্তি তৌজদুনা তরাম্না ওক্লিবনি। পান্ন শেম্বগী অতৈ মখল কয়া অমসু লৈরি মখোয়শিং অদুদি অথোনবা, খুৎয়েন, অশোইবা, খুৎতপ বেড়ী মতুম, অরোনবি অসিনচিংবশিং অসিনি। মখোয়শিং অসিদি ফজনবা অরাংফমগী হৈশিংবা উৎনবা মরম অমনি।

* * *

(৫)

# লুহোংবা অমসুং মরি লৈনবা থৌরমশিং

মীওইবগী পুন্সিগী মনুংদা লুহোংবা অমদি য়ুমকৈ পানবা অসি য়াম্না মরুওইবা তাঙ্কক অমনি। য়ুম অমদা য়ুমগী মবেম্মা ওইবি য়ুমগী লক্ষ্মী লৈত্রবদা য়ুম অদু অশেংবা য়ুমনি হায়বা য়াদে। মরম অদুনা ধারা নালা শন্দোক্লবা ইমুং অদু মরা-চেৎনা তপ্না ইংনা পানবা য়ানবা মতম চারবা কান্দা য়ুম কৈ পানবা লুহোংবগী থবক অসি তঙাইফদনা পাংথোক্তবা য়াদে। মণিপুরদা মৈতৈ জাতিগী ওইনা হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা মওং অসি মরু ওইনা মখল অনি থোকপদৌনা তৌই। অমনা হায়না শিংনা তৌরগা লুহোংবগী থৌরম পাংথোকপা, অতোপ্পা অমনা চেলহোংনি।

অহানবগী হায়না-শিংনা তৌরগা লুহোংবা অসি মরম অনিদগী ওইরকপা য়াই। অমনা লুহোংগদৌরিবা নুপা নুপী অনি অদু মশা মশানা খংনবা অমদি য়ান্নজরগা অহল লমন খংহন্দুনা মখোয় অনিগী পুন্সি

লৈপুন শেম্নে। মরুপ মপাংগী খুথাংদা মানা পামজবা চনুরা নিঙোল অদু হায়না শিংনা তৌবিয়ু হায়দুনা নিপা অদুনা মাগী মপা মমাদা মৌ হায়বা চৎহল্লি। চনুরা নিঙোল অদুনসু মাগী শকখণ্ড মাইখঙনজবা নুপা অদুগী অহল-লমন হায়বা লাকপদা পীবিখিনবা মমা মপাদা অয়াবা ফোংদোক্কুনা ইঙ্গিৎ পী। অতোপ্পা অমনা মমা মপানা মচাগীময়ুম মকৈ পানবগী মতম ওইরে খন্দুনা মশানা পামজবা মমৌ থিদুনা ইমুং অনিগী য়ান্নবগী মখা পোন্না লুহোংবগী থৌরম অসি পাংথোক্লে। মসি ইচম চম্না খুদক্তা হেক্তা পাংথোকপা য়াবা থবক্তি নত্তে। মসিদা নুপা ময়ুম্না হায়জবা নোঞ্জবগী থবক অমা চংই। করিগুম্বা মশা মশানা খংনবা য়ান্নজবা ওইরবদি লাইরে নৎত্রবদি লৈকায় অদুগী খঙনা চান্নবা মচিন চৎপা মী থীদুনা পাও হন্দোক হঞ্জিন মাংজৌননা হায়বা লাকপগী অয়াবা লৌবগী মথৌ তাই। মসিদা নুপী ময়ুমদগী য়ানিংবগী/ লাকহন্নিংবগী ঈঙ্গিৎ ফোংদোরক্লবদি নুপা ময়ুমগী অহল-লমন্না চাহাই মৌহাইনবগী থৌরাং তৌবা য়ারে।

**মাঙ্গোল কাবা:** নুপা ময়ুমগী অহল অহুম নৎত্রগা মঙানা নুমিৎ থা অফবা অমা য়েংলগা নুপী ময়ুমদা চৎতুনা চহাই-মৌহাইনবগী অহানবা খোংদাবা অদুবু মাঙ্গোল কাবা হায়না খংনৈ। নুপী মপানা ফমেন্দা অদুগা নুপা মপানা মাংশোক্তা ইচা ইমৌ ওইজরগে হায়দুনা ব্রা হৌদোক্লে। নুপী মপানসু মচ:-নুপীগী মব্রা মপাও লৌজখিগে অমুক হন্না লাকপীখো হায়দুনা ব্রা তেনশিন্নে।

নুপী মপানা মচা নুপীগী মব্রা-মাপাও লৌরবা মতুংদা নুপা

ময়ুমগী অহল লমন্দা য়াথং থারে। অসুম্না নুপা ময়ুমগী অহল লমন লাক্লুনা নুপা-নুপী অনিগী পুন্সি লৈপুন ওইনবা য়ানখ্রে। মতুংদা নুপা মমাগী কাংবু লাক্লুনা অচা-অথক পুরক্লুনা চামিন-থকমিন্নদুনা হরাও নুঙাইবা ফোংদোক্লরে। অসুম্না নুপা ময়ুমগী মরি-মতা, অহল-লমন খরগা নুপী ময়ুমগী অহল লমন মরি মতা খরগা পুল্লগা হরাও তয়াম্না চামিন থামিন্নদুনা য়ানবা অমদি ব্রা লোয়নননা অসিবু ব্রারোইপোৎ পুবা হায়না কৌই। মতম অমদদি হৈরা- মপুম ওইনা খরা কবোক হৈবোক খরা, মনা ক্বা মপুম খরা অসিতমক পুনরম্মী। অদুবু হৌজিক্তি লৈ- চন্দন য়াওনা অথুম-অহাও মখল মখল কয়া কয়া হাপচিন্দুনা পুনবসু য়াওরে।

মতম খরগী মমাংদদি চেলহোং হায়বা অসি কয়া পাংথোক্লরমদে। অহল-লমন খংদনা নুপা নুপী অনিনা মশা মশানা য়ানজদুনা পুন্সি লৈপুন ওইনজগে খন্দুনা চেনবা-চোংবা তৌখ্রবদি অয়াম্বনা লুহোংবগী থৌরম অসি পাংথোক্লরমদে। করিগুম্বদা কনাগুম্বী চনুরা নিঙোল অমনা শাগৈগী মৌ ওইগে হায়দুনা চেল্লক্লবদি নোং হেক ঙানবগা নুপা মপাগা লোয়নননা মী অহুম চৎতুনা নুপী ময়ুমদা পাও হায়দোকপা চৎনৈ। মদুদা নুপা মপানা নুপী মপাদা খুরুম-খারুমজদুনা চনুরা নিঙোল অদু মাগী য়েক শলাইদা তিন্দুনা মচা-মমৌ ওইজরগে হায়জরম্মী । অদুদা নুপী ময়ুম্না নুপী মচা অদুগী মশানা য়ারে হায়বগী মচিন অমুক্তা হংজখিগে হায়দুনা হায়নৈ। নুংথিলদা নুপী মমাগা লোয়নননা কাংবু অমা লাক্লগা নুপী মচা অদুগী মচিল-মব্রা হংলৈ। নুপী

মচা অদুনা মশানা য়ানা চৎপনি খুম্নগদি কন্যা কৎপগী থৌরম পাংথোক্লে। মতম চাবা য়েংলগা নুপী মচা অদু লৌখৎপগী থৌরম পাংথোক্নুনা অওং-অউন তন্বী। মসিবু লাই-তিন থাবা হায়নসু খংনৈ।

হৌজিক্কী মতমদদি অয়াম্বনা চেলহোং অসি য়াম্না তৌনরে। চেল্লকপা নোং ঙানবগী পাও হায়দোকপা চৎপা অদু মহৌশাগী চৎনরকপা মাঙ্গোল কাবগা চপ মান্নবগুম তৌরে। মদুদা অয়া য়াদ লেপ্পরগা চেন্নরিবা নুপা নুপী অদু মমা-মপা ওইবশিংগী অমুক-অনিরক হন্ন-হন্ন খন্নরবা মতুংদা নুমিৎ থাবান অমা য়েংদুনা লুহোংবিনবা তৌরে। মসিদা ব্বারোইপোৎ, হৈজিংপোৎনচিংবা পুদুনা চপ-চানা হায়না-শিংনা তৌদুনা লুহোংবদৌনা পাংথোকনরে।

**হৈজিংপোৎ:**

ব্বারোইপোৎ পুরবা মতুং নুমিৎ খর লৈরগা নুমিৎ থাবান অফবা য়েংলগা হৈজিংপোৎ পুবা অসি চৎনৈ। হৈজিংপোৎ পুবা অসিগী নুংগী ওইবা অর্থদি লুহোংগদৌরিবা নুপা নুপী অদুগী তুংগী পুন্সিদা য়াইফবা অমদি মঙ্গল ওইদুনা লাই মঙাদা পোৎলম চৈরম কৎতুনা থৌনিজবনি। মসিদা য়াম্না ফজবদি মৈতৈগী ওইনা মৈহৌবোলদগী চৎনরকপা পরম্পরা কায়দনা গৌরিয়া সম্প্রদায়দা তিনসিন্দুনা অমতা ওইবা ফজখ্রবা চৎনবি অমা ওইবা অসিনি। মসিদা মরুওইনা পুরিবা অসি লাইনিংথৌ সনামহিগী অথেনপোৎ, ইমা লৈমরেন শিদবীগী হৈজিং খরাই, ইপা-ইপু পোকপগী অপোক-অশা, লমলাই কোল্লিবা অদুগী

লম-তু, বিষ্ণুগী আসন, হৈ-রা, মপুম, কবোক, পানা অশেম্বা, লৈ-চন্দন, চনুরাগী মফি মরোল, লিক-কোল, ছাতিন, নুংশেল অমসুং ঈশ্বরদা কৎনবা পোৎলমশিংনি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, অহল-লমন, নুপী-অঙাং য়াওনা নুপা ময়ুমদগী নুপী ময়ুমদা চৎলি। ঈশ্বরদা কৎনবা পোৎ অয়াম্বনা মাং থাদুনা চৎনৈ। নুপী ময়ুমদা ঈশ্বরদা হান্নন মানসিক আসন্দা পূজা কৎলগা নুপা-মপা অমসুং নুপী মপা-অনিনা খুরুম্মদুনা হৈজিং খরাই লান্নে। নুপা মপানা অৱাং ওন্দুনা ফম্লগা নুপী মপানা নোংপোক ওন্দুনা খুকউ লৈতানা ফম্লগা হৈজিং-খরাই শিন্নবিগনি। মতুংদা নুপা অমদি নুপী মপা অনিনা তিল্লিবা ময়ামবু খুরুমজগনি। হৈজিং খরাই লান্নরবা মতুংদা অরাংফম্না চন্দন কৎলগা অচা অথক য়েনথোকই। অচা অথক য়েনবা লোয়রগা ঙাই কোন্নবা, কুষ্ঠী লান্নবগী থৌরমশিংনা হৈজিংপোৎকী থৌরম লোইশিন্নে। নুপী ময়ুমগী মপা অহুম লাক্তুনা নুপা ময়ুমগী মপাদা খ্বা তাঙ্গা লান্দুনা মচা চনুরাবু শিন্নবিগনি। নুপা ময়ুমগী মপানা খ্বা তাঙ্গা অদু লৈখা তাহন্দনা চনুরাবু খূৎ অনিনা ওক্কনি। নুপা মপানা অমুক খ্বা তাঙ্গা অমা নুপী মপাদা ঙসিদগী হৌনা নচা চনুরা অসি ঐগী ইচা ওইজরগে হায়দুনা লানগনি। অসুম্না নুপী মমা অহুম্নসু নুপা মমাগী মনাক্তা চৎতুনা খ্বা তাঙ্গা লান্দুনা মচা চনুরা শিন্নবিগনি। নুপা মমানসু অমুক খ্বা তাঙ্গ অমমম পায়দুনা নুপী মমাদা নচা চনুরাসি ঐগী ইচা ওইজরগে হায়দুনা অমুক লানগনি। মসিবু অৱাই অখুম তৌবা কৌই। মথংদা কুষ্ঠী শিন্নবগী থৌরম পাংথোক্লে। মাঙ্গোল মাংশোক্তা নুপা মমানা মাই

নোংপোক ওন্দুনা ফন্নগা নুপী মমানা অৱাং ওন্দুনা মচা নুপীগী কুষ্ঠী অদু লান্নে। নুপা মমানা কুষ্ঠী অদু খোইদৌদা কোক্সিন্দুনা লৌবিগনি। কুষ্ঠী লানবা মতমদা হৱাই মরু-মরাং শেলনচিংবা হাপ্লে।

**বর বার্ত্তন:**

থৌদোক অমগী পাও তাকপবু বার্ত্তন কৌই। বর বার্ত্তন হায়বা অসি ইবেম্মনা ইবুঙোবু য়াথং থাদুনা লেংবিরক্লবা কৌজবনি। হুহোংগদবা নোংমা নৎত্রগা নিনি ৱাৎলিঙৈদা বর বার্ত্তন চৎনৈ। লুহোংগদবা নুমিত্তা বর বার্ত্তন চৎনদে। অঙাং নৱা অমনা লমজিংবীবা অমগা লোয়ননা ইবেম্মগী য়াথং পুদুনা বর বার্ত্তন চৎকনি। পুরক্কদবা পোৎতি বরগীদমক্তা অখন্নবা থ্বা মপুম অহুম্না তখ্বায় তারগা তরুক তাহন্দুনা হাপ্পা পান্ন তাঙ্গনে বর মপা অমসুং মমাগী মশুং অহুম হাপ্প পান্নতাঙ্গ অনিনে লোয়ননা লৈ অঙৌবা (কুন্দো) খরা হাপ্পা তাঙ্গ অমনে পুখম নৎত্রগা শেম্পাক অমদা হাপ্লগা নিংথীনা ফি অঙৌবা অমনা য়োমদুনা পুরক্কনি। মহৌশাদি চন্দন য়াওনরম্মী। হৌজিক্তি য়াওনদ্রে।

বার্ত্তন লাক্লিবা অঙাং অদুনা খুৎশা শেংদোক্লবা মতুংদা মাংদা লৈরিবা লৈ তাঙ্গ অদু দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমজরগা বব অদুদা কৎচগনি। বর ওইরিবা অদুনা খুৎ শেংদোক্লবা মতুংদা খুৎ ওইনা লৈ তাঙ্গ অদু শোক্লগা খুৎ য়েৎকী খুবি-খুয়াইনা লৈ অদু চপ্তুনা লাইবক্তা কৎলগা মনম নমগনি অদুগা য়েৎথংবা নাদা থেৎকনি। অঙাং অদুনা অমুক বরগীদমক্তা পুরকপা পানা তাঙ্গ অদু লৌখৎলগা বরদা কৎলগা

খুরুমজগনি। হয়েং ওন্তা লেংবিরকউ হায়জগনি। মথংদা অঙাং অদুনা বরগী মপা অমসুং মমাদা লৈ কৎলবা মতুংদা পানা তাঙ্গ অমমম অমুক মথং মথং কৎতুনা খুরুমজগনি।

## শ্রীগণেশাদি ষোড়শমাতৃকা পূজা

লুহোংগদৌরিবা বর অদু য়ৈখায় থিনগায় অপন অরাক য়াওদনা অফবা য়াইফবা মঙ্গল ওইনবগীদমক্তা শ্রীগণেশাদি ষোড়শমাতৃকা পূজা তৌনৈ। মসি মমাংগী নুমিত্তা অধিবাস হৌরগা লুহোংগদবা নুমিৎকী অয়ুক্তা বর অদুনা অয়ুক্কী তৌবা হৌনবা পুম্নমক লোয়রবা মতুংদা ঈরুজথোক্লগা মায় নোংপোক ওন্দুনা ফম্লগা থোইদিং থাও নৎত্রগা থাওমৈ থান্দুনা ঘট চফুগী ঈশিংদা শ্রীবিষ্ণুবু পূজা তৌজগনি। নোংমগী মমাংদা অধিবাস তৌহৌদ্রবদি মতমসিদা অধিবাস তৌরগা ব্রাহ্মণনা স্বস্তি বাচন্নচিংবা তৌরগা সঙ্কল্প তৌগনি।

ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা তৌরগা চিংখৈ পাংবদা ফৌগী চীংদুম তরা তরেৎ শেম্লগা মথক্তা বোড়োই মনা তরাতরেৎ হাপ্লগা মাই নোংপোক ওন্দুনা ফম্লগা অমমতা ওইনা গনপতিগা অমদি ষোড়শমাতৃকা (মমা তরাতরুক) পু পূজা তৌগনি।

পূজাদা চংগদবা পোৎলমশিংদি চেং থোইদিং, লৈ, তুলসী, তিংখৌ, কুশমনা, মনাহি, লৈ-চন্দন, গন্ধ-পুষ্প ধুপ, দীপ, লফোই চং থোকপা-১, য়ুবি অমা, হৈ মনম নাইবা অমা, লৈবাক্কী কম্বি অমা, ফৌগী চীংদুম মচা তরাতরেৎ শেম্নবা থৌদাং ফৌ, বোড়োয় মনা তরাতরেৎ, কুশি-তামি শিং অসিনি।

**বর যাত্রা:**

নুমিৎ য়ুংবা মতুংদগীদি পুংফম খেনফম অফবা য়েংদুনা বর যাত্রা তৌনবা লাংলগনি। যাত্রা তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা বিষ্ণু পূজা তৌদুনা যাত্রাগী পুংফম ঙাইগনি।

বর যাত্রাগী মতম হেক ওইরকপদা লুহোংবা চৎননবা থৌরাং তৌরগনি। খ্বাইগী মাংদা চেংলুক নুংশা পুবীনা চৎকনি, মথংদা অপোকপা লাইগী মপোৎ পুবীনা চৎকনি, মথংদা লম-লাইগী পোৎ পুবী, মথংদা বর-কন্যাগী মীতম ঙা পুবী, মথংদা অথেনপোৎ পুবী মথংদা কন্যাগী ফি-রোল পুবী চৎকনি। অদুগী মতুংদা বর মমানা ইনগনি। বর মমাগী মতুংদা বরনা চৎকদবনি। মথংদা বর মপা চৎতুনা অতৈ মথং মথং তুং ইন্দুনা চৎকনি। বরনা কন্যাগী থোঙ্গাল হেক য়ৌবদা হৌনবি মতুংইন্না দিউটি (মৈরা) ওক্লবা মতুংদা চীংলেম্না লুহোংফম তান্না চংশিল্লকপদা মাঙোপকী চিদায়দা কন্যাগী মমা অহুম থোক্লক্তুনা ময়াবু ওকচগনি। থা তরা নাওপুবী মমানা মাংদা থাদুনা, খোমইনবী মমানা ময়ায়দা অদুগা মায়োক্লবী মমানা তুংদা থোরক্তুনা ময়াবু হরাও তয়াম্না ওকপীগনি।

**কন্যা দান:**

পালাগী ঈশৈ হৌদ্রিঙৈদা মার্জ্জন ঘট স্থাপন পঞ্চ দেবতা পূজা তৌরগা বর লাকপা ঙাইরগা বর পূজানচিংবা তৌনৈ। মসিনা ময়ামগী ওইনা চৎনবি মওংনি। করিগুম্বদা যজ্ঞনচিংবা য়াওনা হোংবা তারবদি নান্দি মুখশ্রাদ্ধনচিংবা পূজা য়াওগনি। ঈশৈ হৌদুনা বরনা মান্দোপ

ময়ায়দা ফম্লবা মতুংদা বরগী মমাংদা লাকোই অমা থারগা পাদ্যনচিংবা কৎকনি। কন্যাদান পীগদৌরিবা কন্যা মপানা (দাতানা) খুৎয়েৎনা কুশিদা ঈশিং পায়রগা খুৎ ওইনা বরগী য়েৎথংবা খুকউ শোক্লগা সঙ্কল্প তৌদুনা বরিগনি।

দাতানা ইমুংদা চংদুনা কন্যাগী শুভমঙ্গল যাত্রা তৌনবা ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা নচিংবা পূজা তৌজরগনি। অদুগী তুংদা মান্দোপ ময়াইদা কন্যা পুথোরক্লবদা কন্যাবু আচমন তৌহল্লগা পূজা তৌবিগনি। দাতানা কন্যাগী য়েৎথংবা লেংবান্দা খুৎ ওইনা পায়রগা খুৎ য়েৎনা কুশিনা ঈশিং পায়রগা অহুম্লক খিকপীগনি। বর-কন্যা অনিমক পূজা তৌবিরগা লৈনা চন্দন খরা লৌরগা বর কন্যা অনিগী মখুত্তা চন্দন অদু তৈবিগনি। অদুগী তুংদা কন্যাগী খুৎ য়েৎপু বরগী খুৎ য়েৎকী মথক্তা থম্লগনি। মপুরোইবা লৈবী মচা নুপা পোকপী মরাইবক ফবি নুপীনা লৈগা লোয়নরবা কুশগী থৌরিনা খুৎ অনিবু পুল্লগা দাতানা বর কন্যা অনিগী খুৎ অনিগী মথক্তা পুর্ণ পাত্র হাপ্লগা কুশিনা ঈশিং পায়দুনা বিষ্ণুবু নিংশিংদুনা সঙ্কল্প তৌরগনি, খুৎ ওইনা পুর্ণ পাত্র শোক্কনি। মতুংদা ঈশিং অদুনা বর কন্যা অনিগী খুৎকী মথক্তা পুর্ণ পাত্রগীদি মখাদা হৈগনি। মথংদা দাতানা দক্ষিণা তৌরগা কুশিনা ঈশিং সঙ্কল্প তৌরগা দক্ষিণাগী মথক্তা ঈশিং অদু তাহনগনি। অতৈ অউনপোৎশিংগী মথক্তসু ঈশিং খর খর খিত্তোকপীগনি। অদুগী তুংদা কুশনা পুল্লিবা খুৎ অদু শৎতোক্কনি।/ থোক্লগনি। বরনা খুৎ অদু মনম নমগনি। কন্যা মপানা দান পীরবা মতুংদা দান পাত্র অদু বর সেবা

থৌগল্লিবা অদুদা শিন্নবিগনি। সেবানা দান পাত্র অদু বর মমাগী খোইদৌ থম্বাল লাংদা শিন্নবিগনি।

বর কন্যা অনি মমায় ওনশিন্নহল্লগা য়েংনহল্লগনি। মতুংদা কন্যানা তরেৎলক কোইদুনা লৈ চায়রগা বরগী ওকশমদা লৈ পরেং হুক্কনি। কন্যানা বরগী ওইদা ফল্লগা বরনা লৈ হুক্কবদা বর কন্যা অনিগী ইন্নফি মতোন অনি গায়ত্রী মন্ত্রনা শোনগনি অদুগা ইমুংদা চংলগনি। কাংশুবী লান্নবা থ্বা লান্নবনচিংবা লোয়রগা বরনা থোক্লক্তুনা মন্দোপ ময়ায়দা পরেং লেংদুনা লৈরম্লিবা শাগৈগী অহল লমনশিংবু খুরুমজরগা লুহোংবগী থৌরম লোয়শিল্লি।

**ঙা থাবী:**

কন্যা মপানা বর কন্যা অনিগী মখুৎ মথক্তা দান পাত্র (কুজবা) হেক থাঙৎপা মতমদা নুপা ময়ুমগী নুপী অনি নুপী ময়ুমগী নুপী অমা পুন্না নুপী-অহুম্না ইমুংদা চংলগা লাইনিংথৌ খুরুম্লগা ঙা থাবা চংকনি। নুপী ময়ুমগী নুপী অদুনা থার্উমৈ পায়গনি অদুগা নুপা ময়ুমগী নুপী অনি অদুনা লৈম্লৈ ঙা (ঙমু) অমমম পায়দুনা ঙা থানবা তৌগনি। মাংদা মৈ পায়দুনা চৎলিবী নুপী অদুনা লাইজ ঈশিং অদু খুকাপ্পী অহুম্লক কাপকনি। খুবাক্লা অহুম্লক ঈশিং অদু হায়দোক্কনি। ঙা অনি অদু অমুক্তদা চপ মান্ননা থাগনি। থাবা মতমদা ব্বারোলদি অসুম্না হায়গনি - লাইজ ঈপাক অচৌবদা ননিং তম্না শান্নজরম্বা লেমলৈ ঙা নঙসে ঙাথিবীনা ফাদুনা পুরক্লগা নথব্রাই মাংহল্লগে হায়দুনা সনা কৈথেন্দা য়োল্লম্বদগী লেমলৈ নঙগী নথব্রাই কল্লগে হায়দুনা তরেৎ

শেঞ্জানা লৈদুনা পুরক্লগা লাইজ ঈপাক অসিদা অমুক হন্না থাদোক্লবনি। নচা নশু পোক্কুনা নুঙাইনা পুন্সি শাংনা পাল্লুরো। মীরমলেন্দা বর কন্যা অনি অসিসু মচা মশু পোক্কুনা নুঙাই য়াইফনা পুন্সি শাংনা লৈজবা বড় পীবিরম্মু।

* * *

# (৬)

# হৈজিংপোৎ অমসুং লুহোংবগী চংগদবা পোৎলমশিং

**নুপা ময়ুম:**

১। লাইগী ফিদোন মচা অমা, তেঙ্গোৎ মচা অমা।

২। লফোই চং থোকপা ৯ থোক্তবা ..........

৩। কিহোম ৬ অৱাথবী ৫

৪। হৈ মনম নাইবা ৫ হৈয়ান খর (ফীরুক ৫গী)

৫। কমলা - শেম, য়ুবি, চুশাং অঙৌবা ২,
অঙাংবা, থবী, থম্বৌ, তরবুজ, মতম মতমগী উহৈ,

৬। হামৈ, কবোক ভুল ৪, কবোক অফাবা খরা, কাংসুবি মতুম ৬

৭। মনাহি খর, লৈশং খর, হিদাকমনা মচৈ ৮, শিন্দুর, থোইদিং, মেক্রুক খর, লশিং মপোপ ২, য়াম খরা, শিং কে: জি: ১/২, থুম মপাক ২।

৮। ঘী গ্রাম ১০০, খোইহী খর, শঙ্গোম অফবা গ্লাস ১, শঙ্গোম অনৌবা পৌব্রা ১

৯। হৈজিং খরাই পোলাং ১

১০। পীবা কন্বী ১০+

১১। ক্বা খেত্তবা মপুম ৬০, অখেৎপা........., মনা ফাইঁ........., লা মপুন খুৎ চংদবা ............, শুনু লুপা ৫

১২। খুঁদৈ অহুম কোনবী ফিগোল অমা, মরি কোনবি ফিগোন.....

১৩। পালাগী ফি, পালা ৪ (হেনগৎপা)

১৪। ময়া ওকপাগী ফি ৩, ঙা থাবীগী ফি ৩

১৫। মপা কুজনবগী ফি, মমা কুজনবগী ফি.......

১৬। কন্যা পুথোকপগী ফি অমা, মখুৎ পুনবীগী ফি ১

১৭। পোলাং অচৌবা অনি মচা অনি

১৮। অথেনপোৎকী মনা মশিং

১৯। ফীরুক ৮ (চেংলুক নুংশাং শেম্নবা) মচা য়াওনা

২০। কাবোক/ অথুম-অহাও পেকেট মশিংগী চাং য়েংবা, প্লাষ্টিক পেকেট ৪/৫

## নুপী ময়ুম

১। লাইগী ফিদোন মচা ১, তেঙ্গোৎ মচা ১

২। ফৈজোম, কোয়েৎ, হৈজ্রাং, কাতি

৩। লা মপুন ১৫, ক্বা ৫০, মনা ফাই তঙ্খাই ১

৪। য়ুবী ৩, লফোয় চংথোকপা ৫, থোক্তবা ৩, অব্রাথবী ২, হৈমনম নাইবা ৩, কিহোম ৩, হৈয়াল খর, য়াম পৌব্রা ১, মেক্রুক খরা, কবোক অফাবা খবা, কবোক ভুল ২, কমলা ১০, শেম ১০, চু অঙৌবা ১।

৫। শিন্দুর, মনাহি, থোইদিং, লৈশং

৬। ঘট চফু ১, কম্বী ১

৭। চেংফু ১, ঙাকবাক ২, থুম মপাক অচৌবা ২

৮। খুদৈ অহুম কোনবী ফিগোল ৪

৯। পালাগী ফি.......

১০। মঙ্গল মরু অহিংবা পৌব্রা মখাই অমা।

* * *

# (৭)

# ষষ্ঠী পূজা (ঈপান থাবা)

ঐখোয় মৈতৈ জাতিগী ওইনা অঙাং অমা পোক্লবদি পোকপা নুমিত্তগী তরুক্নি শুবা নুমিত্তা ষষ্ঠী পূজা পাংথোকই। মসিবু ঈপান থাবা হায়নসু তৌনৈ। অয়ুক্তনা মাইবিনা ঈপান থাবগী থৌরম পাংথোকই, নুমিদাংদনা পুরোহিতনা ষষ্ঠী দেবী পূজা তৌই। মসি পোক্লিবা অঙাং অদুগী তুংগী পুন্সি শাংনবা অমদি য়াইফনবগীদমক্নি।

**অয়ুক্তা ঈপান থাবগী পোৎলমশিং:**

থুম কাগুপ (মপাক) ১, ফৌদাং (ফৌ থুমোক মচা) ১, মীতম ঙমু ১, ঙাখা পরেং ১, শিংজুগী পোৎলম খবা (হৈবিমনা, লফু, য়েন্দেম্নচিংবা), পানাও-শিংনাও, ধুপ থাও-মৈ, দক্ষিনা, লাচেৎ, য়াংকোক্নচিংবা।

**নুমিদাংবাইরম ষষ্ঠী পূজা তৌবগী থৌরম:**

মপানগী পূজা ঘট পূজা অমগা লোয়ননা বট মনা, য়াম (চেংনা

শুবা)/ আতা খরা, শঙ্গোম অফম্বা, য়াইঙং মকুপ খরা, শগোল হব্রাই মকুপ খরা, ঘী খরা, লফোই, হৈরুক, পানা, ধুপ-দীপ, তিংথৌ, কুশ মনা, লৈ অঙৌবা, গন্ধ-পুষ্প, দক্ষিনা।

**মনুংগী ষষ্ঠী দেবী পূজা:**

অঙাং মমানা হিপ্লিবা ফমুংগী ফমাংদা ষষ্ঠী দেবীগী আসন থাদুনা পূজাগী পোৎলম লাংগনি। ষষ্ঠী দেবীগী চরণ শেংনবা পাদ্য, থক্ল-চানবা অর্ঘ, আচমন তৌনবা অশেংবা অরূবা ঈশিং, মনম নুংশিবা মখল কয়াগী ফজরবা লৈ, চন্দন, ধুপ-থার্উমৈনচিংবা, নৈবেদ্য, মখল মথেলগী হাওর হাওরবা অচা অথক, নীংথীজরবা-হাওগদবা থুমগদবা উঁহে ব্রাহৈশিংনা ষষ্ঠী দেবীবু পূজা তৌগনি।

ঘট অচৌবা অমা মাইকৈ মরিদা কাণ্ডা য়ুংলগা মাংদা অথুম-অহাও হৈরুক পান নচিংবা ফজনা থারগা, পুর্ণ-পাত্র, মিংশেল কৎতুনা ষষ্ঠী দেবীগী পূজা তৌগনি। পোৎয়েংবা লাকপা কাংবুনা পুরকপা অঙাংগী মফি-মরোল লিক কোন্নচিংবা পুম্নমকসু ষষ্ঠী দেবীদা কৎথোক্লে।

পূজা তৌরিবা অদুগী মাংদা মোম্পাক মচা অমা থারগা অঙাং অদু হিপহল্লি। মোম্পাক অদুগী মখাদা কোনা হুমায় অমা থাগনি/ থমগনি। অঙাং মপানা অঙাং অদুগী লাইবক্তা চন্দন/ শিন্দুর নমই অদুগা মচিন্দা খোইহি ইনবি। অঙাংনা নুপা ওইরগা য়েৎতা, নুপী ওইরগা ওইগী খুদাংদা হঙ্গাম মরু অঙৌবা, তিংথৌ অঙৌবা, বকুল মনা, মায়োকফা মনা, মনাহি হায়বদি জিবপুত্রক (Terminalia-C) নৎত্রগা পুত্রম জিব (Roxburghii), কুসুম, কস্তরি, নাগেশ্বর,

অপরাজিতা হায়রিবা পোৎলমশিং মনা নৎত্রগা মহৈনা চন্দননচিংবগা য়ান্নরগা শেম্বা পুতলিবু শিবিগনি। অসিগুম্বা জিবপুত্রক য়াওবা মচলশিং অসিনা শেম্বা পুতলি অসিবু শিবিবনা অঙাংগী পুন্সি নুঙশাংগা মরি লৈনবগী ব্রাফম অসি মহাভারত (১৪৪), হরিবংস পুরাণ (৭৮৪৪) অমদি ঋগ বেদ (১০/৩৬/৯) নচিংবদা ময়েক শেংনা শুগাইনা পল্লি। অরাংফম্না মথক্কী পোৎলম চৈরম পুন্নমক শেম শাদুনা থমগনি।

**নুপী মপামদগী পোৎয়েংবদা পুরক্কদবা পোৎলমশিং:**

১) অঙাংগী মফি-মরোল, কোন্নয়ান ফিশিং, অঙাংগী মোম্পাক মচা, কাংখল অমদি লোয়নবা পোৎলমশিং।

২) মমাগী ফনেক, ফিরোলনচিংবা।

৩) কোনপাক অমদা চেং খরা।

৪) থুম মপাক ৩/৪/৫।

৫) ঙমু অহিংবা খরা অয়ায়বা খরা,

৬) কবোক হৈবোক অথুম অহাওশিং (ভগবান্দা কৎপা য়াবা)।

৭) হৈ-রা, লফোই, কমলা, শেম, কিহোম্নচিংবা,

৮) ক্বা তাঙ্গ খরা,

৯) লৈ খরা, অসিনচিংবা।

মসিগী মথক্তা কনাগুম্বা খরনা লাইরিক্কী বরি ফি, ঘট, লিরুং-তেন অসিনচিংবশিং অসি পুরকপা য়াওই। পুরক্কগনা নুপা ময়ুম হায়বদি ষষ্ঠী শোল্লিবা ইমুং অদুনা লাংগনি। পুন্নমক অরাংফমগী মথৌ

ঙাক্তনি। অঙাংগী মামনা তেন কাপ্পদা চানবা হৱাই মঙ্গল অঙৌবা খর থমগনি।

**লৈগদবা/ শেমগদবা পোৎলমশিং:**

১) ঘট চফু ১, কন্বী ১ হৈ মনম নাইবা ১, লাইগী ফিদোন, যুবী ১, লাফোই চংথোকপা১, থোক্তবা ১, কিহোম ১, কমলা, শেম, চিনি অঙাংবা মপাক অচৌবা ১, থোইদিং মপাক ৫, লাল্লু ৫।

২) হৱাই মঙ্গল অঙৌবা খরা।

৩) শিন্দুর, মনাহি, থোইদিং, য়াম খরা।

৪) লা মপুন ১৫/২০, ক্বা ২০, মনা ফাই ১/২ (তংখাই)।

৫) লাইরিক বোরিফি ১, ভুজ পত্র মনা, হঙ্গামমরু অঙৌবা।

৬) মাসভক্ত বলিগী পোৎলুমশিং:- শগোল হৱাই, য়াইঙং শঙ্গোম অফম্বা,

৭) খোংনাং বট মনা ৭, কোনা হুমাই মনা ১।

৮) দক্ষীনা।

৯) খোহি খরা।

১০) মিংশেল মচা ১।

১১) পুতলি শানবা পোৎলমশিং।

***

# (৮)

# নামকরণ

# (মিং থোনবা)

দশকর্ম্মগী মনুংদা চল্লবা মরুওইবা যজ্ঞ অমনি। মী অমগী পুন্সিদা মঙোন্দা থোল্লিবা মিং অদু মা মশাগা য়াম্না মরি লৈনৈ। অদুনা জন্ম কোষ্ঠীনা তাকপা চান্নবা মিং অদু যজ্ঞ পাংথোক্তুনা নিংথীনা থোলহৌগনি। মসিবু নাম করণ যজ্ঞ হায়না কৌই। ষষ্ঠী পূজাগী মতুং নুমিৎ খর লৈরগা অফবা নুমিৎ থবান অমদা যজ্ঞ অসি লাংবিগনি। জন্ম কোষ্ঠী ইবদা পাঞ্জিনা অঙাং অদুগী থোনগদবা মিংগী অহৌবা ময়েক পীরক্কনি। পীরক্লিবা ময়েক অদুনা হৌবা পামজবা মিং ময়াম অমা লৌখৎকনি। ময়াম অদুগী মনুংদা অমুক খরা হেন্না পামজবা মঙাখক খনগৎলগা সনাখোংনাং মনা মঙাদা ইগনি। ঘীগী বর্ত্তি মঙাখক চপ মান্নবা মতম অমতদা চুখৎলগা সনা খোংনাং মনা মঙা

অদুদা অমমম য়ুংদুনা/ থমদুনা মানা মানা নিংজরিবা লাইদা কৎচদুনা অঙাং অসিগী পুক্সি নুংশাংগদবা মিং অমতং পীনবিয়ু হায়দুনা নীজগনি। বর্তিশিং অদুগী মনুংদগী ইকোন কোন্না মুৎপা বর্তি অদুনা য়ুংলিবা সনা খোংনাং মনা অদুদা ইরিবা মিং অদু লৌখৎলগা অঙাং অদুগী মিং থোনবিগান।

* * *

# (৯)

## চউম্বা

অঙাং অমনা পোক্লবা মতুং নুপা ওইরগনা থা ৬ (তরুক) নৎত্রগা ৮ শুরকপা হায়বদি থা মঙাদগী নোংমা হেল্লকপা অদুগা নুপী ওইরগনা থা ৫ (মঙা) নৎত্রগা থা ৭ (তরেৎ) মপুং ফাদুনা নোংমা হেল্লকপা হায়বদি থা ৪ (মরি) মপুং ফাবদগী নোংমা হেল্লকপা মতুং অসিগী নুমিৎ থা অফবা অমা য়েংলগা চউম্বগী থৌরম অসি পাংথোক্লে। থৌরম অসি অঙাংগী মপানা/ পুরোহিতনা ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজানচিংবা পূজা তৌই। পূজা লোয়রবা মতুংদা অঙাং অদু চাক ইল্লমদায়দা মমানা মচিন্দা আচমন তৌবিরগা লাইদা কৎলবা ক্ষির প্রসাদম অদু ইনবিগনি। ইনবগী মওংদি থব্রাই মঙা কৌদুনা মথং মথং খুপীদগী হৌরগা খুনাওবীনা লোয়গনি। খুদম ওইনা ওঁ প্রাণায় স্বাহা হায়রগা খুপীনা ইনবীগনি। মথংদা ওঁ অপনায় স্বাহা হায়রগা খুদোম্বীনা ইনবীগনি। মথংদা ওঁ সামানায় স্বাহা হায়রগা খুৎয়াইনা ইনবীগনি। মথংদা ওঁ উদানায় স্বাহা হায়রগা খুনীংথৌনা ইনবীগনি। অরোয়বদা ওঁ ব্যানায় স্বাহা হায়দুনা খুনাউবীনা ইনগনি। অসুম্না থব্রাই মঙা

কৌশিন্দুনা মথং মথং ইল্লবা মতুং মমানা অমুক অঙাংগী মচীল অদু আচমন তৌবিগনি। চাক ইনবা লোয়রবা মতুংদা ফম্ফম অমদা নীংথীনা ফমহনবা/ উপহল্লগা মমাংদা লাইরিক, খুৎসু-খুলাই, ফৌ, লৈপাক, সনা, লুপানচিংবা থম্বিগনি। মদুদা অঙাং অদুনা অহানবা শোকপা অদুনা মশাগী পুক্সিদা হিংনবগী লম্বি ওইবা চাংয়েং য়েংনৈ।

মথক্তা পল্লিবা পোৎলম খর অসিগা লোয়ননা অরাংফম্না ঘট পূজা অমদি পঞ্চ দেবতা পূজাগী পোৎলম, চৈরমশিং অদু পূজা হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ফজনা শেম শাদুনা থমগনি।

* * *

(১০)

# জন্ম তিথি (মপোক্কী থাবান) পূজা

অঙাং অমা পোক্লবা মতুং চহি ফারকপা মপোক থাদা মপোক্কী তিথি (থাবান) তাবা অদুবু জন্মতিথি কৌই। জন্মতিথিদি চহি খুদিংগী ওই। অদুবু মীশক অদুগী মপোক থাদা মপোক্কী তিথি (থবান) তাবা অদুদা মপোক নুমিৎ চপ চানা হেক হেক তাবা মসিবুনা পুর্ণজন্ম তিথি হায়না খংনৈ। জন্মতিথি অমদি পুর্নজন্ম থাবান্দা লৌগনি তারিখনচিংবদা লৌরোই। চহি খুদিংগী মশা মশাগী জন্মতিথিদা (চহি অমগী মনুংদা তারকপা মপোক থাগী থাবান্দা) হৌনবী মতুং ইন্না পূজা তৌজরবদি পুন্সি শাংই, মঙ্গল ওই। জন্মতিথিনা পুং চোঙ্থরক্তুনা নুমিৎ নিনিগী অয়ুক্তা জন্মতিথি অদুগী পুং লৈরবদি মশাগী নক্ষত্রনা পানবা তিথি অদুদা পূজা তৌগনি। হায়রিবা নুমিৎ অনিমক্তা নক্ষত্র ফংদ্রবদি মতুং নোংম কোনবা নুমিত্তা পূজা তৌগনি। নক্ষত্র ফংদ্রবসু সূর্য্যোদয়গী মতমদা তিথি অদুগী পুং ফংবা নুমিৎ অদুদা পূজা তৌগনি।

জন্মতিথিদা হায়বদি মপোকথাগী মপোক থাবান অদুদা থাংজ অমদি লৈবাকপোকপা তারগা জন্ম নক্ষত্রসু ফংদ্রবদি চহি অদু খোংথাং খোংথাং খুদিংগী অয়েৎ অপন নংই অৱা অনা তাই। মদু কোক্লবগীদমক শ্রীবিষ্ণু পূজা, জন্মতিথি পূজা নবগ্রহনচিংবা পূজা তৌরগা সর্ব্বৌষধিনচিংবনা শান্তি তৌগনি। থাংজ লৈবাকপোকপদা জন্মতিথি ওইরগা নক্ষত্রদি ফংবা অদুনা মুক্তা দান (ঙমদবনা মমল ওইরবসু) তৌগনি। নক্ষত্র ফংদবদুনা স্বর্ণদান (সনা) শ্রীবিষ্ণুদা সঙ্কল্প তৌদুনা কৎকনি।

**জন্মতিথিগী পূজাগী পোৎলমশিং:**

১) ঘট ১, হৈরুক ১, পানা১, ধূপ১, দীপ১।

২) শঙ্গোম অনৌবা খর (পৌৱা অমা)।

৩) চিনি অঙাংবা মপাক ২।

৪) থোইদিং অমুবগী কবোক।

৫) থোইদিং অমুবা পৌৱা অমা।

৬) মনাহী ৪ মুক, তিংথৌ মনা ৫ (মঙা) পানবা খরা,

৭) পূজাগী লৈ মখল শুনা খরা য়াম্না,

৮) ব্রাহ্মণ বরিবগী ফি ১,

৯) অঙাং নৎত্রগা মী অদুগী শেৎনবা অহনবা মফি মরোল

১০) শঙ্গোম অফম্বা খরা, থোইহি খর, চিনি অঙৌবা খরা।

১১) পুত্তলি শানবা পোৎলম (গোরচন চন্দন, গুগগুলু চন্দন, নিম্ব মনা, হঙ্গাম মরু অঙৌবা খরা)

১২। পুর্ণ পাত্র ১,
১৩। উশিন ওইনবা ঙমু মশা কনবা ১,
১৪। চান্দি (পৈশা/ লুপা) ১৫,
১৫। য়াইঙং মনাও ১,
১৬। অথুম অহাও উঁহে ৰাঁহে নচিংবা খরা,
১৭। তুলসী পত্র খরা য়াম্না,
১৮। চা চন্দন অতকপা,
১৯।সর্বৌষধি,
২০। সপ্তমৃত্তিকা,
২১। লং অহিংবা।

* * *

# (১১)

# চুড়াকরণ (নাহুৎপা)

অঙাং অমনা চহি অহুম শুববা নৎত্রগা চহি মঙা ফাওবগী মনুংদা চুড়াকরণ অমদি নাহুৎপা হাযদুনা পোকপদগী য়াওরকপা শম অদু কোক্লগা মনা হুৎতুনা নাদা সনা য়ানবি। কনাগুম্বা কৃপা লৈবা মীনা যজ্ঞ তৌদুনা সংকীর্ত্তন য়াওনা ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, অহল-লমন মরূপ মপাং নিমন্ত্রণ তৌদুনা শঙ্গোম ক্ষীর, খেচরি নৎত্রগা অন্নদান সেবা তৌদুনা দক্ষীনা কত্তুনা পাংথোক্লে। হৌজিক্তি অন্ন-উৎসব ওইনা অয়াম্বনা তৌনরে।

**যজ্ঞগী অধিবাসকী পোৎলমশিং:**

১। মহী (লৈবাক), ২। গন্ধ (চন্দন মনম নুংশিবা), ৩। শীল (নুং), ৪। ধান্যং (ফৌ), ৫। দুর্ব্বা (তিংথৌ), ৬। পুষ্প (লৈ), ৭। ফল (উঁহৈ), ৮। ঘৃত (ঘী) ৯। দধি (শঙ্গোম অফম্বা) ১০। শিন্দুর, ১১। স্বষ্টিক (যাম, থোইগিং, শঙ্গোম অফম্বা/ অনৌবা তিন্নবা), ১২। শঙ্খ (মোইবুং), ১৩। কজ্জল (তেলকালী), ১৪। রোচনা (গোরচন লৈত্রগা য়াইঙং), ১৫। সিদ্ধার্থ (হঙ্গাম মরু

অঙৌবা), ১৬। কাঞ্চণ (সনা), ১৭। রৌপ্য (লুপা), ১৮। তাম্র (কোরি), ১৯। দীপ (থাউমৈ), ২০। দর্পণ (নুংশেন), ২১। চামর।

মথক্কী পোৎলম ২১ অসি সেঙ্গা অমদা নিংথীনা শীন্দোক্নুনা থম্বা লোয়ননা পূজা তৌনবা ঘট অমা পোৎলমগা লোয়ননা শেমদুনা থম্বা - চেং, থোইদিং অমুবা, শিন্দুর, মনাহি, য়াম, ফৌ ধুপ, দীপ, লৈ, তুলসী পত্র, তিংথৌ, কুশ, হৈরুক, পানা তাঙ্গা, দক্ষীনা ৬, জল পাত্র (খুজাই অমা) কুশি-তামি, লাই খুরুম্ফম ফক মচা ১।

যজ্ঞ নুমিৎকী পোৎলমশিং:

১ ) লাইগী খ্বাজেৎ নমখাং, উরিক -নুগুণ,

২) ঘট চফু অচৌবা ১, ময়ায় ওইবা ৩, মচা৪, শমশেংনবা মচা ১ পুন্না চফু ৯,

৩) কম্বি ৪,

৪) খুঁদৈ অহুম কোনবী ফিগোল ৩,

৫) বামোনগী বরীফি ৩, অরাংফমগী ২ পুন্না ৫,

৬) থাকল ১,

৭) অবের লুপা ১০, (বসন্তগী মতমদা য়াওবা)

৮) হৈ মনম নাইবা ১, লফোই চংথোকপা ১, থোক্তবা ৩,

৯) যুবি ২, কমলা ৬, শেম ১৫,

১০) লা মপুন ১৫, ক্বা ৫০, মনা ফাই তংখাই ১,

১১) ফি অঙাংবা মচেৎ ১, ফক্লোং ১, ফৌ থুমোক ১,

১২) শঙ্গোম অফম্বা চফু ১, অনৌবা পৌৱা ১,

১৩) শম্থি তেঙ্গোৎ ৩, খুজাই ২, শেঞ্জেংগী তেঙ্গোৎ ২, পুখম

১৪) লফু মচা ৪, ব্রা মচা ৪, চু পাম্বি মচা ৪, পৈয়া খরা, উচান খরা,

১৫) পালাগী ফি -, লুপা চান্দি ময়েক ৬৫,

১৬) ঘী কিলো ১/২, য়াম পৌব্রা ১/২,

১৭) হব্রাই মখল ৩ (কিলো মখাইগী চাংদা), আলু কিলো ১, থুম মপাক মচা ৩,

১৮) বোরোই মনা ১৭, থৈবোং মনা ৫,

১৯) লৈ-চন্দন শেম্লবা পোংলম, লাইরিক ফান্নচিংবা,

২০) শিংলম ৯ - আঙ্গোং, পাঙ্গোং, ফবো খজি, ম্লাখোংনাং, কিয়ামলৈ, হৈবোং, খুজুমপেরে, কুশ অমসুং তিংথৌ।

***

# (১২)

# বিদ্যারম্ভ (লাইরিক তম্বা হৌবা)

মীওইবনা পুন্সি মহৈ য়ান্নবা মহৈ তম্নে। মতম চানা অঙাং অমগী মহৈ তম্বা হৌহনগনি। অঙাং অদুনা চহি মঙা চংলক্লবদি নুমিৎ থা অফবা অমা য়েংবিরগা অফবা পুংফম অমদা বিদ্যারম্ভ/ লাইরিক তম্বা হৌহনগনি। গুরু ওইগদবা মী অদুনা নিত্যক্রিয়া পুম্নমক লোয়দুনা হকচাং শেংদোক্লগা অশেংবা ফমফম অমদা ফম্লগা আচমন তৌদুনা মাংদা ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা তৌগনি। গুরুনা সঙ্কল্প তৌদুনা শ্রীবিষ্ণু ধ্যান তৌদুনা গন্ধ পুষ্প ধুপ দীপ নৈবেদ্যনচিংবা কত্তুনা পূজা তৌগনি। অদুগী তুংদা সরস্বতী দেবী ধ্যান তৌদুনা পূজা কৎলগনি। অঙাংবু পুষ্পাঞ্জলী কৎহল্লগা গুরুনা মাই নোংপোক ওলহল্লগা অঙাংনা অৱাং ওন্দুনা খুরুমজগনি। অঙাংবু ময়েক ইহন্দুনা লাইরিক তম্বিবা হৌহল্লগনি। মতুংদা দক্ষীনা কত্তুনা গুরুবু খুরমহনগনি।

অরাংফম্না ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজাগী পোৎলম অমদি অতৈ দেব দেবীশিং লোয়ননা সরস্বতীগী পূজা, পুষ্পাঞ্জলীনাচিংবগী পোৎলম পুম্নমক শেম শাদুনা থমগনি।

* * *

# (১৩)

# উপনয়ণ

## নুগুণ থাংবা/ লাইমিং লৌবা

অঙাংনা নুপা ওইরবসু নুপী ওইরবসু চহি ১২/১৩ শুবগী মনুংদা দীক্ষা তৌবা হায়দুনা লাইমিং লৌবা অসি তঙায় ফদে, মসি অঙাং অদুগী পুন্সিদা য়াম্না মরু ওইবা মতাং অমনি। অঙাং অদুনা লাইমিং লৌবগী থবক হেক পাংথোকপদা অনিশুবা মপোক হায়না কৌই। মহাক অদু মী ওইনা পোকপগী মপোক অদু অমাংবা লৈত্রবনি, মহৈ য়াল্লবনি। করিগুম্বদা দীক্ষা তৌদনা শিবা থোক্লবদি নুমিৎ শুনা কর্ম্ম তৌদে। অদুগুম্বা মী অদুদি সংসার সমুদ্র অসি লানবিনবা য়াওদনা অহিং নুংথিল অনিদা ত্রিতাপকী মৈনা চাক্তুনা ঙাইহাক্তা ফাওবা পোৎথাবা ঙমদনা লৈ হায়নরিবনি। মমা মপা ওইবনা মচা অদুবু ব্রাহ্মণ গুরু ওইগদবা মতিকচাবা অমগী মনাক্তা গুরুদা কৎনবা ফৈজোম ইন্নফি অমদি বালভোক্তা লোয়ননা পুদুনা মচা অদু লাইমিং তৌবিয়ু

হায়দুনা খুরুমজরগা ইচম চম্না পাংথোকপসু য়াই। অদুবু কনা কনাগুম্বা কৃপা লৈবা মীশিংনা সংকীর্ত্তন শক্তুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, মরুপ মপাংশিং নিমন্ত্রণ তৌদুনা ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞ পাংথোক্তুনা দান দক্ষিনা চাওনা কত্তুনা তৌনবসু য়াওই।

যজ্ঞ তৌবা তারবদি কর্ণবেধ/চুড়াকরণ তৌবদা চংখিবা পোৎলমশিং অদুগী মথক্তা মখাগীশিং অসি হাপচিনগনি।

১) নগুন থাংগদৌরিবা নুপা মচা অদু মমাংগী অধিবাস হৌবদগী অশেংবা ফি শেত্তুনা খোং লৈবাক তাদনবা খুরুম/শেন্দন তোংদুনা লৈগনি।

২) গেরুৱাগী কৌপিন-খাও-ওন ঝুলি-তুপী, য়েস্পাক, চৈশু, নগুণ।

৩) শুম্বল ১, শুক অমা, য়াংকোক ১, শঙ্গোম অনৌবা খরা, চারু খরা, চারু থোংনবা খুজাই অমা, খাবৈ-চেগপ, য়োৎশৌবি অমা।

৪) শবেং মউল, কুশগী পগুলি, পুতলি, পাঙ্গোং, মশা।

৫) পুর্ণাহুতি পীবদা শেৎনবা ফিশিং, নগুণ থাংলবা মতুংদা পুর্ণাহুতি পীনবা ফৈজোম অহনবা ১, ইন্নফি ১, কোকয়েৎ ১, ফুরিৎ, মোজাফুরিৎ নচিংবা।

* * *

# (১৪)

# অরাংফম্না তোয়না

# শেমশাবা পোৎলম খরা

**লৈ চন্দন:** লৈবাক্কী কম্বী নৎত্রগা কোরিগী সেম্পাক মচা অমদা লৈ খরা, দোনা মচা অমদা নৎত্রগা তোঙ্গা মচা অমদা অতকপা যা চন্দন হাপ্তুনা শেম্বা।

**গন্ধ চন্দন:** লৈবাক্কী কম্বী অমদা লৈ খর, অতকপা যা চন্দন, ধুপ অমসুং দীপ অপিকপা দোনা মচা মচাশিংদা হাপ্লগা শেম্বা।

**ঘট অমসুং ঘট পূজা:** লৈবাক্কী চফু নৎত্রগা কোরিগী নৎত্রগা খুজাই নৎত্রগা সেনজেংগী খুজাইদা হৈনৌ মনা মঙা লোংনা থেক্লগা পয়া অমনা পুল্লগা মনুংদা লফোই অমা ক্বা মপুম অমা, মনা মপুম অমা দক্ষিনাগা লোয়ননা হাপ্লগা শেমগনি। ঘট পূজাগীদমক্তা ধুপ, দীপ (থাউমৈ), তাঙ্গদা লৈ খরা, যা চন্দন অতকপা খরা হৈরুক অমা পানা অমা, চেং থোইদিং মনাহি, শিন্দুর, লফোই, য়াম খর, ফৌ খরা, দক্ষিনা মঙা, জল পাত্র অমা, কুশি তাম্মি, ফক মচা অমা শেম শাদুনা থমগনি।

**কান্তা:** ঘট চফুগী মপান্দা মাইকৈ মরিদা হৈনৌ মনা থেৎপা পজেং মরিনা য়ুংলগা লং অহিংবনা মণ্ডারক নৎত্রগা তরেৎলক কোইদুনা শেমগনি।

**পুর্ণ পাত্র:** লৈবাক্কী কম্বী অমদা চেং খরা, লফোই চংথোকপা অমা, য়ুবি মপুম অমা, ক্বা মপুম অমা, মনা মপুম অমা হে মনম নাইবা অমা দক্ষিনাগা লোয়ননা শেম শাবা।

**লাইরিক (পাঠ) তৌবা:** লাইরিক ফাল, ফাল অদু কুপ্পবা ফি, ব্যাস আসন, ধুপ অনি, দীপ (থাউমৈ) অনি, হৈরুক, পানা অহুম তাঙ্গদা লৈ খরা, তুলসী পত্র খর, যা চন্দন অতকপা দোনা মচা অমা, জল পাত্র, কুশি তাম্মি, লাইরিক দক্ষিনা, বোরি ফি নচিংবা অসি লাংদুনা শেম শাদুনা থমগনি। পানানা ঐগী য়েত্তা হৈরুক্লা ওইদা থাউ। পানাগী মাংদা ধুপ, হৈরুক্কীদা দীপ থমবিয়ু।

লাইরিক হৌরকপদা ওইরবসু মঙ্গলাচরণ হৌবদা ওইরবসু য়েৎ ওইননা লাইরিক্তা দণ্ডবৎ অহুমলক কৎকনি। অদুদগী চন্দন পীরগা বরিনবা ফিদু লাইবক্তা শোক্লগা লাইরিক তৌবা মীদা বোর্রিনৈ। দক্ষিনা হান্না কৎপসু য়াই লাইরিক লোয়বদা কৎপসু য়াই।

**সিধা:** লুকমাই নৎত্রগা সেঙ্গা অমদা লাকোয় ফজনা থারগা দোনাদা তোঙান তোঙানা চেং খরা, হৱাই মখল অহুম, থুম মপাক অমা; আলু মোরোক থাউনচিংবা হাপ্তুনা শেমগনি।

অথেনপোৎ: লুকমাই নৎত্রগা সেঙ্গা অমদা লাকোয় ফজনা থারগা মখল

মথেলগী মনা মশিংনা নিংথীজনা চোন্না হাপ্পুনা শেমগনি।

* * *

(১৫)

# পূজা অমসুং পূজাগী পোৎলম

ঐখোয়না দেবতা অমবু পূজা তৌগে হায়রবদি অহানবদা হকচাং, পুক্লিং অমদি শেৎলি-ইল্লিবা ফিরোলশিং তক-তকবা তশেং-তশেংবা ওইগদবনি। মতুংদা আচমন তৌদুনা হকচাংগী মনুংবু শেংদোক্কনি। ঐখোয়না দেব পূজা অসি মওং মঙাদা তৌবা যাই। মখোয়শিং অদুদি, ১) অভিগম : লাইশং ব্রাই তৈদুনা নির্ম্মল ফংজবা, ২) উপাদান: লৈ চন্দন্নচিংবা থৌবাং তৌজবা, ৩) যোগ -নিংজবিবা লাইবু ব্রহ্মগী মশক্তি খন্দুনা ধ্যান তৌবা, ৪) অধ্যায়-মন্ত্রগী অর্থবু মথং মথং নিংশিংদুনা মুল মন্ত্র জপ তৌবা, স্তোত্রনচিংবা পাঠ তৌবা, নাম কীর্ত্তন তৌবা অসিনচিংবা, ৫) ইজ্য-ঙমজবা পোৎলম্না নিংজবিবা ইষ্টদেববু পূজা তৌবা।

## পূজাগী পোৎলম তাকপা

**পঞ্চোপচার (পোৎলম মঙা)**

১) লৈ, ২) চন্দন, ৩) ধুপ, ৪) দীপ (থাউমৈ), ৫) নৈবেদ্য (নৈবিৎ), (চেং, য়াম, শঙ্গোম অনৌবা, ঘী, চিনিন তিনববু নৈবেদ্য নৎত্রগা নৈবিৎ কৌই)।

**দশোপচার (পোৎলম তরা)**

১) অর্ঘ্যং: (কোরিগী পাত্রদা লৈ, চন্দন, থোইদিং হঙ্গাম মরু, চেং, যব, কুশ, তিংথৌ হাপ্লা ঈশিং)

২) পাদ্যং: (খোং চাম্নবা ঈশিং)

৩) আচমনং: (আচমন তৌনবা ঈশিং)

৪) স্নানং: (ঈরুজনবা ঈশিং)

৫) বস্ত্র নিবেদনম: (ফিরোলনচিংবা কৎপা)

৬) গন্ধ (চন্দোল),

৭) পুষ্প (লৈ)

৮) ধুপ

৯) দীপ (থাউমৈ),

১০) নৈবেদ্য (নৈবিৎ কৎপা)

**ষোড়শোপচার (পোৎলম তরাতরুক)**

১) আসনং:ফম্নবা আসন কৎপা

২) স্বাগতং:খুৎ লোন্নদুনা নুঙাইনা লেংশিনবিয়ু হঙ্গৎপা

৩) পাদ্যং: খোং চামথোক্লবা ঈশিং কৎপা

৪) অঘসং: শঙ্খদা চেং থোইদিং, লৈ, তিংথৌ, যব, কুশ, হঙ্গাম মরু হাপ্তুনা কৎপা:

৫) আচমনীয়কং: আচমন তৌনবা শঙ্খজল কৎপা

৬) মধুপর্কার্পণং: সেঙ্গেংগী পাত্রদা শঙ্গোম অফম্বা, ঘী,

খোইহি, চিনি নংত্রগা সিতামিশ্রি ঈশিংগা য়াম্নরগা কংপা;

৭) স্নানং: চেং, লৈ, চন্দন হাপ্না ঈশিংনা চায়থনবা কংপা:

৮) বসনা ভরণানি: শেংন-ইন্নবা ফিরোল কংপা (বস্ত্রং)

৯) সুগন্ধ/ সুমনো: মনম নুংশিবা, পোৎলমশিং/ পুক্লিং নুংঙাইনবা পোৎলমশিং কংপা

১০) ধুপ কংপা

১১) দীপ: থাউমৈ বর্তিনচিংবা কংপা

১২) নৈবেদ্য: য়াম, শঙ্গোম অনৌবা, চেং, ঘী চিনিনচিংবনা তিনবা নৈবেদ্য (নৈবিৎ) কংপা

১৩) ফল তাম্বুলং: উহে ৱাহে পান্ননচিংবা কংপা

১৪) ভোগার্পণং: চান্ন থক্লবা লুক্লচিংবা কংপা

১৫) বন্দনং: খুরুমজবা;

১৬) অরাত্রিকম: অরাত্রিক কংপা

**পঞ্চামৃতম:**

শঙ্গোম অনৌবা, অফম্বা, ঘী, চিনি অঙৌবা, খোইহি-মঙা অসিনা তিন্নদুনা শেম্ববু পঞ্চামৃত কৌই।

**পঞ্চ যজ্ঞ-যজ্ঞ মঙা:**

১) ব্রহ্ম যজ্ঞ-ধর্ম্ম শাস্ত্র বেদনচিংববু পাঠ তৌবনা ব্রহ্ম যজ্ঞ হায়না খংনৈ।

২) পিতৃ যজ্ঞ- নিত্য শ্রাদ্ধা অমদি তর্পণ তৌববু পিতৃ যজ্ঞ হায়না কৌই।

৩) দেব যজ্ঞ- পঞ্চ দেবতা অমদি অতৈ লাইশিংবু পূজা তৌবনা দেব যজ্ঞ হায়না কৌই।

৪) ভূত যজ্ঞ - পিতৃশিং অমদি অতোপ্পা থৱাই পানবশিংবু অন্নদান হায়বদি চাক পিজ-পিথক তৌববু ভূতযজ্ঞ হায়না কৌই।

৫) নৃযজ্ঞ - অতিথী সেবা তৌববু নৃযজ্ঞ হায়না কৌই।

**পঞ্চবর্ণ গুরিকা (মচু মখল মঙা)**

পূজাদা শিজিন্নগদবা মচু মখল মঙাবু পঞ্চবর্ণগুরিকা হায়না কৌই। মখোয়শিং অদুদি:

১) অঙৌব: চেং তকখাইবা মকুপ য়াম্না শেন্বা

২) ঙাঙ্গানবা: কুশুমলৈ নৎত্রগা কুঙ্কুম শিন্দুর অমদি গৈরিকামনচিংবা মকুপ্পা শেন্বা

৩) অমুবা: ৱাই ফৌহাম নৎত্রগা যবনচিংবা মৈ থাবগী মকুপ্পা শেন্বা।

৪) শংবান্নবা: হৈ খাগোক মনানা তকখাইরগা শেম্বা

৫) নাপু মচু: য়াইঙং নৎত্রগা হরিতাল মকুপ্লা শেম্বা

**পঞ্চ শস্য**

লৈবাক্তগী থোকপা মহৈ মরোং মওাবু পঞ্চ শস্য হায়না খংনৈ। মখোয়শিং অদুদি:

১) ফৌ, ২) যব, ৩) থোইদিং অমুবা,

৪) শগোল হব্রায, ৫) হব্রাই মুগ।

**পঞ্চ গব্যাম**

ষণদগী থোকপা পোৎলম মওাবু পঞ্চ গব্যাম হায়না খংনৈ। মখোয়শিং অদুদি:

১) শঙ্খি, ২) ষণযুং, ৩) শঙ্গোম অনৌবা,

৪) শঙ্গোম অফম্বা অমসুং ৫) ঘী।

মবি লৈনবা পূজাগী মতমদা হায়রিবা পোৎলম মওা অসি কুশ য়াওবা ঈশিংদা তিন্নরগা শিজিন্নে।

**পঞ্চ কষায়:**

১) জাম নৎত্রগা হৈজাং, ২) চীংশু

৩) খোংনাং বট ৪) বোরোই,

৫) বকুল

মঙা অসিগী মকু নৎত্রগা মনাগী মকুপ্পু পঞ্চকষায় হায়বদি অফকপা মখল মঙা অসুম্না খংনৈ।

## সর্বৌষধি (হিদাক মখলময়াম তিন্নবা)

১) শেম্বাং কাওথুম মরা, ২) ওকহিদাক মরু,

৩) কাংখিল মরা ৪) হাওনা মরা

৫) য়াইঙং ৬) উনাপু

৭) শিংখা ৮) লৈহাও মরা

৯) য়াঙ্গেন মরা ১০) হয়িং মরা

তরা অসিগী শুগাইবগী মকুপ্পু সর্বৌষধি (হিদাক মখল ময়াম তিন্নবা) কৌই।

## সপ্তমৃত্তিকা:

১) শগোলশংগী লৈপাক ২) শামুশংগী লৈপাক

৩) লৈশৌবুংগী লৈপাক ৪) তুরেল অনি তিন্নফম ঈরোংগী লৈপাক,

৫) পাৎ-পুখ্রি, হিদেন তাফমগী লৈপাক ৬) শঙ্গোলগী লৈবাক

৭) দোলায় কাংখোংদা পকপা

লৈপাক

মখল তরেৎকী লৈপাক অসিনা তিন্নশিন্দুনা শেম্ববু সপ্তমৃত্তিকা হায়বদি লৈপাক মখল তরেৎ হায়না খংনৈ।

## নব ধাতু (ধাতু মাপল)

১) সনা, ২) লুপা, ৩) য়োৎ, ৪) কোরি, ৫) মিশি, ৬) পিথ্রাই, ৭) শেঞ্জেৎ, ৮) রাং অমসুং ৯) দস্তা, মখোয় মাপল অসিবু ধাতু মখল মাপল হায়না খংনৈ।

## দ্বাদশ দান

১) লৈবাক মতুম অমা, ২) আসন-ফম্ফম অমা

৩) ঈশিং হাপ্পা পাত্র অমা ৪) ফি (শেৎনবা) অমা

৫) পান্ন ৬ (তরুক) ৬) উঁহে খরা

৭) মনম নুংশিবা পোৎ ৮) লৈ খরা

৯) য়েম্পাক নংত্রেগা ছাটিন ১০) খোংউপ/ খুরুম

১১) ফমুং ১২) মচী পানবা জীব অমগী

নংত্রেগা শামুগী মমল

পোৎলম ১২ (তরানিথোই) অসি দান তৌববু দ্বাদশ দান হায়না খংনৈ।

**ষোড়শ দান:**

১) লৈপাক মতুম অমা
২) ফমফম আসন অমা
৩) ঈশিং হাপ্পা পাত্র অমা
৪) ফি (শেৎনবা) অমা
৫) থার্উমৈ অমা
৬) অন্নদান - চাক নৎত্রগা তল
৭) পান্ন তাঙ্গা অমা,
৮) ছাটিন নৎত্রগা য়েম্পাক অমা
৯) চন্দন্নচিংবা মনম নুংশিবা
১০) উঁহে খরা নৎত্রগা হৈ মনম নাইবা অমা
১১) লৈ পরেং অমা
১২) ফমুং কাংথোন,
১৩) খোংউপ, খুরুম
১৪) ষণবী দান (নৎত্রগা মমল খর)
১৫) সনা অমসুং
১৬) লুপা

মথক্কী পোৎলম তরাতরুক অসি দান তৌববু ষোড়শ দান হায়না খংনৈ।

**পঞ্চ দেবতা:**

শ্রীবিষ্ণু, শিব, গণেশ, সূর্য্য, দুর্গা লাই মঙা অসিবু পঞ্চ দেবতা হায়না খংনৈ। পঞ্চ দেবতা পূজা হায়রগদি দেবতা মঙা অসি মথং মথং পূজা তৌববুনি।

শ্রীবিষ্ণুবু ময়াইদা, মহাদেববু চিংখৈদা, গণেশ দেবনা মৈরমদা, সূর্য্য দেবনা মোইরাং লাইচিদা দুর্গা দেবীবু কৌব্রুদা লাৎকনি।

* * *

# (১৬)

# গৃহারম্ভ (য়ুম যাত্রা হুনবা)

অয়ুক অঙনবদা হকচাং শেংদোক্লগা ঘটস্থাপন পঞ্চ-দেবতা পূজা তৌনবা থৌরাং তৌরগনি। অরাংফম্না পূজাগী পোৎলম লাংবা লোয়দুনা ব্রাহ্মণনা পূজা লোয়রবা মতুংদা ঈশিং পায়খৎতুনা সংকল্প তৌরগনি। যাত্রা ওইগদবা উ নৎত্রগা চেক নৎত্রগা নুং অদু যাত্রা হুনগদবা মফম অদুগী উইনগী মতুং ইন্না চৈ মতেক নৎত্রগা ৱাচেং মতেক অহুম আসন ওইনা থমগনি। মদুগী মথক্তা যাত্রা ওইগদবা পোৎ অদু উইনগী মতুংইন্না মদুগী মায়োক্তা থমগনি। যাত্রা অদু ফি শেংপা ওইনা উ ওইরগনা মতোন ওইরপ্পা ফিরে নাইনা য়েত্তুনা খুদে য়েৎকনি, চেক নৎত্রগা নুং ওইরগনা লং অহিংবনা য়েৎকনি। যাত্রা খিকতোক্লবা তাইরেনগী মনা অমসুং পুংফাই হেক্লগা চামথোক্তুনা অদুগী মতুংদা তাঙ্গদা খোইহি থমগনি। অমসুং তুলসী পত্র থমগনি। মস্তিনা যাত্রাদা ৱাহে খর ইগদৌরিবনি। যুম্নুরেন অমদি যুম্নুরেনবী অনি অদু পূজা লোইদ্রিফাওবা ফমহনগনি। যাত্রা হুনফম অদুদা হোংউ মরু

মচেৎ অমা, য়াইঙং মচেৎ অমা, য়োৎথী, চামর, নোংদার থাদদুনা শেংহল্লবা মতুংদা য়ুম্বুরেন অদুনা সনা চংনিং অমা লুপা চংনিং অমা থাদদুনা সনা কোনয়াই অমদি লুপা কোনয়াই চলহনগনি। অদুগী তুংদা বস্তু পূজা ঘট পূজা মথং মথং তৌরগা ব্রাহ্মণনা কুশিদা ঈশিং, চেং থোইদিং, তিংথৌ লৈনচিংবা হাপ্লবা অর্ঘবু পৃথি মাতাদা মন্ত্রগা লোয়ননা কৎকনি। অদুগী তুংদা মাষভক্তবলি হায়বদি শগোল হব্রাই মকুপ, য়াইঙং অমসুং শঙ্গোম অফম্বা অহুম্রা তিল্লগা শেম্বা অসি পীগনি। অদুগী তুংদা শঙ্গোম অনৌব, অফম্বা, তিংথৌ, চেং, লৈ, লফোই, হৈনৌ মনা অমদি ঈশিংনা থল্লবা চফু অমদা (ঘট) হাপ্তুন কৎকনি। মতুংদা বিশ্বকর্ম্মবু খুশু খুলাইগা লোয়ননা পূজা তৌগনি। অথনবা কোমদা লৈ অঙৌবা অমা থাদগনি। মতুংদা শঙ্গোম, তিংথৌনচিংবা হাপ্লগা লৈপাক্লা ফুমজিনগনি।

লাওগদবা পোৎলমশিং:

১) ঘটস্থাপন পঞ্চ দেবতা পূজা তৌনবা পোৎওমশিং:

২) যাত্রা ওইগদবা উ নৎত্রগা চেক নৎত্রগা নুংগী আসন ওইনবা চৈ নৎত্রগা বাচেৎ মতেক অহুম শেমদুনা থমগনি।

৩) যাত্রা য়েৎনবা খুঁদে (উ ওইরগনা) নৎত্রগা লং অহিংবা (চেক নৎত্রগা নুং ওইরগনা) থমগনি।

৪) যাত্রা খিকতেক্লবা পুংফাই অমদি তাইরেন মনা অমসুং তুলসি পত্র থমগনি।

৫) যাত্রা হুনফমদা হাপ্পবা হোংউ মরূ মচেং অমা, য়াইঙং মচেং অমা, য়োংথী, চামর নোংদার, সনা চংনিং অমা, লুপা চংনিং অমা

৬) তাঙ্গদা খোইহি খরা থমগনি।

৭) বস্ত্র পূজা অমসুং ঘট পূজাগী পোৎলমশিং।

৮) কুশি-তামি, চেং-থোইদিং, তিংথৌ লৈনচিংবা অঙৌবগা লোয়ননা লাংদুনা থমগনি।

৯) মাষভক্তবলি শেম্নবা শগোল হব্রাই মকুপ, য়াইঙং মকুপ অমসুং শঙ্গোম অফম্বা খরা।

১০) শঙ্গোম অনৌবা অফম্বা, চেং লফোই, হৈনৌ মনা অমদি ঈশিংনা থল্লবা চফু (ঘট) অমা।

১১) বিশ্বকর্ম্ম পূজা তৌনবা খুৎশু-খুলাইগা লোইননা পূজাগী পোৎলমশিং অমসুং দক্ষিনা।

* * *

## (১৭)

# গৃহপ্রবেশ (য়ুম শঙ্গাবা)

অনৌবা য়ুমদা হোংজিনদ্রিঙৈদা থোংগী মথা থংবদা য়ুম্বুগী খোইদৌ মপায়ক বাংবা মফমদা ঘীনা মঙারক নৎত্রগা তরেৎলক ধার (মরি-মরি) হৈথদূনা বসুধারা তৌথোক্কনি। গন্ধ-পুষ্প, ধূপ দী নচিংবনা পূজা তৌগনি। অনৌবা য়ুমগী মনুং চংলগা হান্না যাত্রা হুনব মতমদা পূজা তৌখিবা যাত্রাগী মখোংদা ঘট স্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা তৌবা লোয়রগা থোংজিন মথক্কী বসুধারা হৈফমদা হৈরুক পান্না থাদুনা পূজা তৌগনি। মতুংদা শগোল হব্রাই মকুপ য়াইঙং অমসুং শঙ্গোম অফম্বনা তোৎলবা মাষভক্তবলিবু য়ুমশাফমদা লৈরম্বা জীবশিংগীদমক্তা বলি পীদুনা চৎখিনবা হায়জগনি। মতুংদা বিশ্বকর্ম্মা পূজা খুৎশু খূলাই পূজা দক্ষীনাগা লোয়ননা কৎলগনি। অসিগী মতুংদা গণেশ দেব অমদি ষোড়শ মাতৃকাবু (মমা তরাতরুক) ফৌগী চীংদম তরাতরেৎ শেম্লগা কৎতূনা নান্দিমূখ শ্রাদ্ধা লোইরবা মতুংদা য়মদদা [illegible]।

যুম্বুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিংদা দান-দক্ষীনা কৎলবা মতুংদা শঙ্গোম অফম্বা, চেং হৈনৌ মনা, লৈ উঁহৈনচিংবা হাপ্লবা ঈশিং চফু অমা মাং ওইরপ্লা পায়দুনা ষণ অমোমগী মমৈ পায়দুনা ঙক্তা লৈ পরেং শিদুনা মাংদা ব্রাহ্মণ চংহল্লগা ইমুংদা চংগনি। যুম্বুরেনবীনা ঈশিং পুন ওইদা য়েপ্লগা মকোক্তা ফৌ হাপ্লা য়াংকোক পুরগা মপুরোইবগী ওইদা থংননা চংগনি। ইমুংদা মৈ হৌগৎকনি। মথংদা ঈশিং পুন, চেংফুনচিংবা পুশিল্লগা মতুংদা ফমুং-ফানুং পোৎ-চৈ অতৈ অতৈ -লোয়না পুশিনবা য়ারে। অরাংফম্মা সিধা মরি শেমদুনা থমগনি। সিধাশিং অদুদি অমনা লক্ষ্মী নারায়ণ কৎনবা; অমনা সনামহি কৎনবা, অমনা ইমা লৈমরেল শিদবী কৎনবা অদুগা অতোপ্পা অমা অদুনা চাকখুম্মাংদা থাদুনা ইপা-ইপু পোকপা কৎনবনি।

চঙগদবা পোৎলমশিং:

১) ধারা হৈনবা ঘী।

২) যাত্রাগী মথোংদা ঘট স্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা অমসুং মদু লোয়রগা হৈরুক পানা থাদুনা বসুধারা হৈফমদা পূজা তৌনবা পোৎলমশিং:

৩) মাষভক্তবলি শেম্লাবা শগোল হব্রাই মকুপ য়াইঙং মকুপ অমসুং শঙ্গোম মফম্বা খরা।

৪) বিশ্বকর্ম্ম পূজা খুশু-খুলাই পূজা তৌনবা দক্ষিনাগা লোয়ননা পোৎলমশিং।

৫) ফৌগী চীংদুম তরাতরেৎ শেম্লবা ফৌদাংফৌ।

৬) সিধা মরি শেমদুনা থমগনি।

* * *

# (১৮)

# মণ্ডলি পূজা

মান্দোপকী ময়াইদা মণ্ডলি পূজা তৌগনি। মাণ্ডদা ফি অণ্ডৌবগী আসন অমা থাগনি। ধূপ-দীপ হৈরুক পান্না কৎকনি। শুমাংদা খনবা মান্দোপ ওইরগনা শুমাং ময়াইদা হৌবা বৃন্দা দেবী মখোংদা মণ্ডলি পূজা তৌগনি। বৃন্দা দেবী অণ্ডৌবা ফি অমনা কোইশিনগনি। পূজা অসি কৎত্রবদি মফম অদু মান্দোপ নৎত্রগা মণ্ডলি ওইদ্রে। সঙ্কীর্ত্তন্নচিংবা পাংথোকপা য়াদে।

* * *

# (১৯)

# সত্যনারায়ণ পূজা

শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইবা শ্রীসত্যনারায়ণ দেব হায়বা অসি মা
মাগী নীংজ-নীংজবা খিবিক্কী মহেবু পীনবিবা দেবা। দেব অসিবু পূ
তৌজবনা অৱা-অনা, লাইর-অনং পুম্নমক কোকপা, মচা-মশুশিং
চাওখৎপা পীনবিবা ওই। অসিগুম্বা সত্যনারায়ণ ব্রতসিবু মাগী হৌনা
নীয়ম মতুংইন্না ব্রত - পূজানচিংবা তৌজরবা মীশক অদুদি অৱাং-
অপা লৈতনা নুঙাইনা পানগনি, মপুনসি লোয়দুনা শিরবা ফাওবদসু
সংসারসিদগী অরানবা খুভম মোক্ষ হায়বদু ফংগনি হায়না শ্রীভগবান্না
নারদ মুনিদা তাকপিখিবা ৱা লৈ।

(স্কন্দ পুরাণ রেবা খণ্ড)

নুমিদাংৱাইরম হায়বদি গোধুলিগী মতম ষণ কানরকপগী উফ্লনা
অতিয়া খুম্বা মতমদা শ্রীসত্যনারায়ণ দেববু পূজা তৌজগদবনি। ঘট
স্থাপন, পঞ্চদেবতানচিংবা পূজা লোয়রগা সত্যনারায়ণ পূজা
হৌগদবনি। পোংলম তরাতরুক্পা (ষোড়শোপচার) পূজা তৌরগা অচা

লফোই, ঘী, শঙ্গোম অনৌবা ময়দাগী য়াম নৎত্রগা চেংনা শুবা য়াম, চিনি অঙৌবা অমদি অঙাংবা পুম্নমক অসি তিল্লগা নৈবেদ্য (নৈবিদ) শেমদুনা কৎচগনি। মচল শুনা হাপ্লবা অচা অথক পুম্নমক অমমমতা ওইনা কৎচরগা, পূজা তৌবিরিবা ব্রাহ্মণদা দক্ষীনা নচিংবা কৎলবা মতুংদা শ্রীসত্যন ারায়ণগী ব্রত কথানচিংবা তাবা লোয়রবা মতুংদা পূজাগীদমক তিনবিরিবা মী পুম্নমক্কা লোয়ননা মহাপ্রসাদি ফংজগনি।

* * *

# (২০)

# শনিদেব পূজা

কনাগুম্বা মীশক অমগী জন্মরাশিদা, নিপানশুবা মফমদা, তরানিথোই শুবা মফমদা, অষ্টবর্গদা, লগ্নদগী বিষম-ষম হায়না থীবদা বিষম তাবা মফমশিংদা, শনিদেবগী লৈফমদা গোচরদশাদা, শনিদেবগী দৃষ্টি তৌফমদা লৈরবদি মী অদু থোইদোক্না অৱাবা নণ্ডই। করিগুম্বদা হায়রিবা মতম অসিদা শনিদেবগী অশাওবা লৈরগদি মী অদুগী মচাক-মরল, মচা-মশু, মহাক মশা ফাওবদা মাংহল্লিবনি। হায়রিবা মতাং অসি ওইদুনসু নীতি-নীয়ম কায়দনা থাংজ নুমিত্তা শনিদেববু পূজা কৎচদুনা পেলহনবা ঙম্লবদি অৱা-অনা পুম্নমক কোক্নুনা নুঙাই-য়াইফবা পীবি।

থৱান থাগী থাংজ মরিমক্তা নংত্রগা দোষ লৈতবা থাংজ অমদা নুমিদাংৱাই শঙ্গারকপা মতমদা শনি পূজা তৌগনি। ইমুংদা নংত্রগা থাকন খনবা মফমদা শনি পূজা তৌবা য়াদে। শনি পূজাদি ক্যামলে নংত্রগা সনাহোংনাং মখোংদা লং অহিংবনা তরেৎলক য়েৎলগা পূজা তৌ[illegible]নি

পঞ্চদেবতা পূজা তৌনবা পোৎলম লাংগনি। ব্রাহ্মণনা পঞ্চদেবতা পূজা লোয়রগা ব্রাহ্মণগী নাক্তা আসন অমা থারগা মদুগী মথক্তা পঞ্চপুষ্প (লৈরম মঙা) অমসুং পঞ্চ ফল (হৈরম মঙা) হাপকনি। আসনগী মচি অমদা য়োৎনা মখোক ওইবা ফিরান অমুবা অমা য়ুংগনি নৎত্রগা য়েত্তুম অমা লং অমুবা লেংদুনা হৈ মনম নাইবা অমদা য়ুংদুনা থমগনি। পূজা তৌনবা ষোড়শোপচারা পোৎলম তরাতরুক লাংদুনা থমগনি। কৎনবা য়োৎকী আসন, য়োৎকী আভরণ নৎত্রগা ফি অমুবা থমগনি গন্ধ, পষ্প, ধুপ-দীপ, চেং-থোইদিং, লৈ নৈবেদ্যনচিংবা পোৎলম পুন্নমক থমগনি। পূজা লোয়রগা তিল্লিবা পুন্নমকপু প্রসাদি পীজ পীথক তৌগনি।

***

# (২১)

# ত্রিনাথ পূজা

ত্রিনাথ পূজা হায়বদি ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর দেবতা অহুমবু পূজা কৎচববু ত্রিনাথ পূজা হায়না খংনৈ। নোংমাইজিং নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইরমদা ত্রিনাথ পূজা কৎচগনি। অহানবদা ব্রাহ্মণনা ঘটস্থাপন নৎত্রগা শালগ্রামদা পঞ্চদেবতা, নবগ্রহ, ইন্দ্র দিকপালনচিংববু চেং-থোইদিংনচিংবনা পূজা কৎনবা পোৎলমশিং লাংগনি।। মথংদা দেবতা অহুমবু তোঙান তোঙান মথং মথং ওইনা ষোড়শোপচারনা (পোৎলম তরা তরুক্া) পূজা তৌনবা লাংগনি। অসুম্না ব্রাহ্মণনা বিষ্ণু, ব্রহ্মা অমসুং মহেশ্বরবু মথং মথং পূজা কৎকনি। অথুম-অহাও, নৈবেদ্যনচিংবা পোৎলম খিবিকপু পাত্র অমমমদা তোঙান তোঙান্না হাপ্তুনা থমগনি। ক্বা, গঞ্জানচিংবসু কৎনবা শেম শাদুনা থমগনি।

***

# (২২)

# শিবরাত্রি পূজা

ফাইরেল থাগী শিথরকপা চতুর্দ্দশী তিথি হায়বদি থা শিগদবা নোংমা ব্রাৎলিংঙে কুনমাপন্নি পানবা য়াম্না মল্লবা অহিং অদুবু শিবরাত্রি হায়না কৌই। অহিং অসিদা চরা হেন্দুনা শিব পূজা কৎচববু শিবরাত্রি ব্রত পূজা হায়না খঙনৈ। ব্রত পূজা কৎকদৌরিবা মী অদুনা মমাংগী নুমিৎ ত্রয়োদশী (কুন্নিপান্নি পানবা) নুমিত্তা শেংনা ঈরু মাইথজবা লোয়রগা শা-ঙা য়াওদবা ঘীগা চাক্কদমক তোৎপা চরা অমতমক নুমিৎ অদুগী ওইনা চাগনি। নুমিৎ অদু গৃহস্থগী ধর্ম্ম থাদোক্লুনা ব্রহ্মচার্য্য ধর্ম্ম ঙাক্কনি। ঙল্লবদি লৈবাক্তা কুশ থাবগা অহিং অদু লেনগনি। অহিং মমৈদা হৌগৎলগা নোংমগী তৌফম থোকপা থবক লোয়রগা হকচাং শেংদোক্লুনা নীয়ম কায়দনা বিল্বপত্রনচিংবা হেক্কনি। নুমিদাংৱাইরম য়ৌরক্লবদা পূজা হৌনবা থৌরাং তৌরগনি। অহিং অদুগী প্রহর-প্রহর হায়বদি য়ুথক-য়ুথক খুদিংদা তোঙান তোঙানবা পোৎলম্না স্নান তৌগনি, অর্ঘ কৎকনি। অহানবা য়ুথক্তা শঙ্গোম অনৌবনা, অনিশুবা য়ুথক্তা শঙ্গোম অফম্বনা, অহুমশুবা য়ুথক্তা

ঘীনা, মরিশুবা য়ুথক্তা খোইহিনা স্নান তৌগদবনি। স্নান তৌবা লোয়বা খুদিংগী ঈশিংনা অমুক অমুক স্নান তৌগদবনি। গন্ধ-পুষ্প (লৈ-চন্দন) ধুপ-দীপ (ধুপ-থাউমৈ) নচিংবা কৎতুনা নিংথীনা পূজা তৌগনি। শিব পূজাদদি বিল্বপত্র হায়বদি হৈ খাগোক মনা অসি অসুক্কী মতিক মরু ওই। হৈ খাগোক মনা কৎপা অসি লৈ পুন্নমক কৎপদগী অমদি সনা লুপা মনি মুক্তা কৎপদগী হেল্লি হায়দুনা শিব মহাদেবমক্না তাকপী। অদুনা মথক্তা পনখ্রিবা পূজা পোৎলম পুন্নমক ফজনা নিংথীনা শেম শাদুনা থম্লগা, পূজাদা চংগদবা বিল্বপত্র (হৈ খাগোক) মনাশিংবু ফজনা চামথোক্তুনা থমগনি। মথংগী নুমিত্তা ভক্ত বৈষ্ণব ব্রাহ্মণনচিংববু পীজ পীথক তৌরগা পূজা তৌজরিবা মশাগু চাবা-থকপা য়ারে।

***

(২৩)

# নবগ্রহ পূজা শান্তি

মীওইবদা গ্রহশিংনা অৱা-অনা পীদুনা হকচাংদা লাইথুং-লাইনা চেলহনবদগী কোক্লবা গ্রহ পূজা শান্তি তৌনৈ। অহানবদা ব্রাহ্মণনা মার্জ্জন, ঘটস্থাপন, পঞ্চদেবতানচিংবা পূজা তৌনবা পোৎলমশিং অরাংফম্না লাংগনি। মথংদা বিষ্ণুদা কৎনবা পঞ্চামৃত (শঙ্গোম অনৌবা, অফম্বা, ঘী, চিনি অঙৌবা, খোইহি), লৈ, তুলসী পত্র, হৈরুক পানা নচিংবা কৎনবা পোৎলমশিং থমগনি। নব গ্রহ পূজা তৌনবা চেং, খোইদিং লৈ, পাদ্য, গন্ধনচিংবা নিংথীনা শেম শাদুনা থমগনি। গ্রহশিং অদুদি রবি, সোম (চন্দ্র), মঙ্গল, বুধ, গুরু (বৃহস্পতি), শুক্র, শনি, রাহু, কেতু অসিনি।

গ্রহশান্তিগী পোৎচংশিংদি শঙ্গোম অনৌবা, শঙ্গোম অফম্বা, ঘী, খোইহি, চিনি অঙৌবা, হৈ মনম নাইবা, লৈ-চন্দন, য়ুবি মহিগা পুনবা সনা, লুপা, সপ্তমৃত্তিকা অমসুং গঙ্গাজলগা পুনবা সর্ব্বৌষধি

অসিনচিংবশিং অসিনি। সপ্তমৃত্তিকা হায়বদি ১) শগোলশংগী লৈপাক, ২) শামুশংগী লৈপাক, ৩) শঙ্গোলগী লৈপাক, ৪) লৈশৌবুঙগী লৈপাক, ৫) তুরেল অনি তিন্নফম ঈরোংগী লৈপাক, ৬) পাৎ, পুখ্রি, হিদেন তাফমগী লৈপাক, ৭) দোলাই কাংখোংগী লৈপাক - মখল তরেৎ অসিনা পুনববুনি। সর্ব্বৌষধি হায়রগা: ১) শেম্বাং কাওথুম মরা, ২) হয়িৎ মরা, ৩) ওক হিদাক, ৪) কাংখিল মরা, ৫) হাওনা মরা, ৬) য়াইঙং, ৭) উ নাপু, ৮) শিংখা, ৯) লৈহাও মরা, ১০) য়াঙ্গেল মরা - পোৎলম তরা অসিগী তিন্নবগী মকুপ্পু খংনৈ।

শঙ্গোম অনৌবনা শান্তি তৌজবা অসিনা অকি-অখং কোক্তুনা নুঙাই য়াইফবা পীবীনবনি। শঙ্গোম অফম্বনা শান্তি তৌজবা অসিনা হকচাংদা লৈরম্বা লাইথুং-লাইমন কোকপা পীবীনবনি। ঘীনা শান্তি তৌজবা অসিনা লাই পুম্নমক্কা পেনবীদুনা অব্রা-অনা অমদি লায়না অচৌবশিংদগী ঙাকথোকপীনবনি। খোইহিগী শান্তি তৌজবা অসিনা খুজু-খুলাইদগী অশোক অপন্নচিংবা ঙাকথোকপীনবনি। চিনি অঙৌবনা শান্তি তৌজবা অসিনা হান্ন লৈরম্বা অমদি লাক্কদৌবা অব্রা-অনা অমদি লাইথুং -লায়না কয়াদগী ঙাকথোকপীনবনি। হৈ মনম নাইবনা শান্তি তৌজবা অসিনা মীংচৎ থীবা মীনা লাকচবদগী কোক্তুনা মঙ্গোল ওইবা মাই পাকপা পীনবীনবনি। লৈ-চন্দনগী শান্তি তৌজবা অসিনা থম্মোয়গী লায়না, পুক্কী-লায়না-তিন্না পুম্নমক কোকপীনবনি। যুবী মহিগা সনা লুপাগী মচুম্না শান্তি তৌজবা অসিনা

লাইথুং-লাইমন্নচিংবা পুম্নমক কোকপীনবনি। সপ্তমৃত্তিকা হায়বদি লৈবাক মখল তরেৎনা শান্তি তৌজবনা হুরান চিঙ্খিদগী, ঈশিংদগী, উদগী, অপমৃত্যুনচিংবা চৎপদগী কোকপীনবনি। গঙ্গাজলগা পুনবা সর্বৌষধি অসিনা শান্তি তৌজবনা হুরান চিঙ্খিদগী, মৈদগী, মহু পানবা অমদি শা-ঙা, মচি ময়া পানবদগী পীবা খুদোংথীবদগী ঙাকথোকপীনবনি।

* * *

# (২৪)

# লক্ষ্মী পূজা

জগৎকী মবেম্মা লক্ষ্মীনা লন-থুমগী মপুনি। লন-থুম মরাং কাইনা লৈনবগীদমক লক্ষ্মী পূজা তৌনৈ। লক্ষ্মী পূজাদি সন্ধ্যা য়াচংবদগী হৌরগা অহিং চুপ্পা পূজা অসি চৎথনৈ। লক্ষ্মী পূজা অসি অনি থোকই - অমনা কোজাগরী লক্ষ্মী পূজা অদুগা অতোপ্পা অমনা দীপান্বিতা লক্ষ্মী পূজা হায়না খংনৈ। মেরা থাগী পুর্ণিমাগী পুংফম য়াচংবদগী অহিং চুপ্পা লৈবা মতমদা কোজাগরী লক্ষ্মী পূজা তৌনৈ। দীপান্বিতা লক্ষ্মী পূজাদি মেরা থাগী থাশিগী য়াচংবদগী হৌরগা অহিং অদুদা দীপান্বিতা লক্ষ্মী পূজা তৌনৈ। অহিং অসি য়ুবি চেংপাক্লচিংবনা পিতৃশিংবু পীজ পীথক তৌগনি। লাইশিংবু পূজা তৌজগনি অদুগা মরুপ মপাংশিংসু পীজ পীথক তৌগনি। সেবা লোইরগা মশাগু চাবা য়ারে।

পূজাগী পোৎলম অতৈদি গন্ধ পুষ্প, ধুপ, দীপ নৈবেদ্যনচিংবনি। চেং থোইদিং, ঘী, যব, শঙ্গোম অনৌবা, মনাহি, লফোই, হৈ

খাগোক মনানচিংবা থমগনি। লক্ষ্মী পূজাদা পারিজাৎ, অঙ্গোৎ, নাগেশ্বর, লৈহাও কৎপা য়াদে। শরিক খিংদুনা পূজা তৌবসু য়াদে। অঙাং, অশোন অনা, অহল লমন নত্তনা চরা হেল্লগা লক্ষ্মী পূজা তৌগনি। মপান্দা, কাচিন-কোয়া মফম অয়াম্বদা মৈ য়াম্না থানগনি।

***

# (২৫)

# সরস্বতী পূজা

মহৈগী লাইরেম্বী মা সরস্বতী দেবীবু ফাইরেনগী পানখৎলকপা মঙানি পানবা বসন্ত পঞ্চমী নুমিত্তা পূজা তৌনৈ। নুমিৎ অসিদা লক্ষ্মী, সরস্বতী, মুকফু কলমনচিংববু ধুপ, দীপ লৈনচিংবা কৎতুনা অয়ুক্তা পূজা তৌগনি। অহানবদা ঘটস্থাপন পঞ্চদেবতা পূজা পাংথোক্লবা পোৎলমশিং লাংগনি। পূজারিনা সংকল্প তৌনবা ঈশিং অশেংবা থমগনি। পূজা তৌগদৌরিবা লাই অদু চিত্র প্রতিমা ওইরবসু, মূর্ত্তি ওইরবসু পূজারিনা প্রাণপ্রতিষ্ঠানচিংবা তৌনবা বিল্বপত্র (হৈ খাগোক মনা) খরা কাজ্জল খর, কুশ মনা খর, লৈ চেংনচিংবা থমগনি। পূজাদা চংগদবা ষোড়শোপচার পোৎলম তরাতরুক লাংগনি। পুষ্পাঞ্জলী তৌনবা লৈশিং দক্ষীনা নচিংবা মফম মফমদা শেন্নগা থমগনি।

***

# (২৬)

# নান্দিমুখ শ্রাদ্ধ

## শ্রীগণেশদি ষোড়শমাতৃকা পূজা

নান্দিমুখ শ্রাদ্ধ পাংথোকপদা শ্রীগণেশ দেবতাগা লোয়ননা ষোড়শোমাতৃকা (মমা তরাতরুক) পু পূজা তৌগনি। মমা তরাতরুক অদুদি- ১) গৌরী, ২) পদ্মা, ৩) শচী, ৪) মেধা, ৫) সাবিত্রী, ৬) বিজয়া, ৭) জয়া, ৮) দেবসেনা, ৯) স্বধা, ১০) স্বাহা, ১১) শান্তি, ১২) পুষ্টি, ১৩) ধৃতি, ১৪) তুষ্টি, ১৫) আত্মা অমসুং ১৬) কুলদেবতা অসিনি।

পূজা তৌগদবা নুমিৎকী মমাংগী নুমিৎতা অধিবাস তৌগনি। করিগুম্বা তৌহৌদ্রগনা পূজা হৌদ্রিঙৈদা পাংথোক্কনি। ব্রাহ্মণনা মাই নোংপোক ওন্দুনা থাউমৈ বর্তি থান্দুনা শালগ্রাম চক্রদা নৎত্রগা ঘট চফুগী ঈশিংদা শ্রীবিষ্ণু পূজা তৌগনি। কুশমনা থোইদিং, লৈ চন্দন, তুলসী, তিংথৌ, মনাহি ঈশিংনা থল্লবা কুশি পায়দুনা সংকল্প তৌগনি।

পূজাদা চংগদবা অতৈ পোৎলমশিংদি ফৌগী চীংদুম তরাতরেৎ শেম্লবা ফৌদাং ফৌ, বোরোই মনা তরাতরেৎ, চেং থোইদিং, লৈ, গন্ধ পুষ্প, ধূপ দীপ, লফোই চং থোকপা ১, য়ুবি ১, লৈবাক্কী কম্বী ১, হৈ মনম নাইবা ১।

* * *

# (২৭)

# শিবা অমসুং মরী

# লৈনবা থৌরমশিং

মীওইবা ঐখোয়সে মতম লৈবা খিবিক্তা অশিবনা তুং ইন্দুনা লৈরিবনি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি মীপুম খুদিংমক অশিবগী খয়াৎতা তাগদৌরিবনি। মসিদা নহা অহল খাইদে। মাগী মাগী মতম হেক লোয়বদা লোয়না চৎখিগদবা ঙাক্তনি। গৌড়ীয়া সম্প্রদায়গী বৈষ্ণব ধৰ্ম্ম চৎচরিবা ভক্তি সদাচার তৌজরিবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংনা হন্দক্কী মপোক্তা মীওইবগী মপোক ফংলিঙৈ অসিদা কল্লিঙৈ মতমদা ঙমজদ্রগসু অরোয়বা মতমদদি বৈরাগ্য হায়বা কৰ্ম্ম অসি শোয়দনা তৌজগদবনি। বৈরাগ্যবু ওইদুনা চৎখ্রবদি মপোক অদু মহে য়ান্দুনা সংসারগী আদিভৌতিক, আদি দৈবিক, অধ্যাত্মিক হায়রিবা ত্রিতাপকী পাপ অহুম অসিদগী নাংথোক্লুনা চৎখ্রগনি। অরোয়বা মতমদা স্বামী গুরু ওইবিগদবা শ্রীগুরুদেবনা বেশ অহুম শেৎপিদুনা হরিনাম মহামন্ত্রবু।

গীতবু পাঠ তৌবিদুনা শ্রবণ ওইহল্লবা মতুংদা সিদ্ধ প্রাপ্তি ওইরবা তুংদা হৌনবি মতুংইন্না যজ্ঞনচিংবা তৌদুনা সংস্কার তৌগনি।

শিবা নুমিত্তি অরাংফমদি সেবা অদুক য়াম্না মরু ওইদে। মাইবা, বামোন অমসুং লৈকায়গী অহল লমনশিংনা অয়াম্বা পাংথোকই। সংস্কার তৌবা হেক লোয়বদা মতম ফংলবদি হায়বদি অয়ুক-নুংথিলগী মতম ওইরবদি দশাহ লাইরিক তাবা চংনৈ। অদুবু মতম্না খুদোং চাদ্রবদি হায়বদি অহিংগী মতমদা সংস্কার লোইরবদি মথংগী নুমিত্তা নোং ঙাল্লগা তানৈ। কনাগুম্বা খরদনা দশাহ লাইরিক তাবা অসি নুমিৎ খুদিংগী চৎথদুনা য়ুম শেংবা মতুং নোংঙানবা শ্রাদ্ধা নুমিৎ ফাওবা তানবসু য়াওই নৎত্রগা য়ুম শেংবা নুমিত্তা লোইশিন্নবসু অদুম তৌনৈ।

* * *

# (২৮)

# অস্থি সঞ্চয়

সিদ্ধ প্রাপ্তি ওইরবা মতুং নুমিৎ তরুক্নি শুবদা নহান যজ্ঞ তৌবদা লৌহৌবা চিন্তামণি অদু শেংদোক্কনি। চিন্তামণি শেংদোক্নবা লাংগদবা পোৎলমশিংদি - ১) পঞ্চ গব্যাম (শন্থি, ষণয়ুং, শঙ্গোম অনৌবা, শঙ্গোম অফম্বা অমসুং ঘী), ২) গঙ্গাজল, ৩) রত্নোদক, ৪) গন্ধোদক, ৫) পুষ্পোদক, ৬) কেবল জল। শেংদোক্লবা মতুংদা চিন্তামণি কিনবা/ পুন্নবা কব্রং (সনা মচুগী) ফৈজোম কব্রং লংলানা পুল্লগা সংকীর্ত্তনগা লোয়ননা গৃহ তান্না পুশিল্লক্কনি। অদুদগী ভাগবত সেবাদা কোয়রগা আরতি সেবা ওইগনি।

অস্থি সঞ্চয় নুমিত্তা শুমাঙদা মান্দোপ খন্দুনা শ্রীমদ্ভাগবত লেংশিন্নবা লফু, চু, মনা পানবা ব্রা মচা য়ুংদুনা মথক্তা ফজনা থাকল খনগনি। আসন ফজনা থারগা লেংশিনগনি। শুমাঙদা তৌরবদি মসি তঙাইফদবনি। ঙমদ্রগা মন্দিরদা আরতি সেবা তৌরুবসু য়াই। হৌজিক্কী মতমদদি ভাব তানদবনা আসন অমা থারগা হেক্তা পংতৌদা তৌশিনবসু য়াম্না য়াওরে।

অস্থি সঞ্চয় নুমিৎ অসিদি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, মরুপ-মপাং, নুপী অঙাং য়াম্মা তিল্লি। লৈখ্রিদবা ইমুং অদুগী অৱাবা ফোংদোকপা ওইনা শ্রীমদ্ভাগবত সেবাদা কৎনবা হৈরা কয়া কয়া পুরক্তুনা লাক্লে। লেংবীরক্লিবা পুম্নমকপু য়ুম্বুগী মাইকৈদগী সেবা ফজনা কৎখিনবা অরাংফম্না ফজনা সেবা চংদুনা হৈ-রা, পান্না ক্বা অমদি অথুম অহাও য়েন্দুনা পেলহনখিগনি।

**অস্থি মার্জনগী চংগদবা পোৎলমশিং:**

লফু, চু, ৱামনা পানবা মচা, থাকল, শঙ্গোম অনৌবা অফম্বা, ঘী, শষ্ঠি, শনয়ুং, মুগা ফৈজোম, কব্রং লং, ভুজ পত্রমনা, সনা খোংনাং মনা, শ্যাম ধুলি, গঙ্গাজল, চান্দি ময়েক অমা, ছাতিন অমা, হৈরুকপানা, ধুপ-থাউমৈ, তুলসী পত্র, লৈ তাঙ্গ অমা, লৈ পরেং অমা অসিনচিংবশিং অসি লাংগনি। হৈরুক, লাফোইমশিং, চু, য়ুবী, মতম মতমগী উঁহে খরা, শেমনচিংবা, কাবোক পেকেট, লা মপুন, ক্বা, মনা ফাই, লাইগী (ভাগবত) খ্বাংচেৎ নমখাং, কোকথোন, উরিক ১, লুগুণ ১, নুংশেন মচা ১, বরতি মপুন ১।, ঘী পাৱা ১/২, পোলাং ৩/৪, অথুম অহাও: চিনি, অঙাংবা মপাক অচৌবা ১, কাংশুবী মপাক ৬, লাল্লু৬, লৈপাক হৱাই হৈঙাল মপাক ৬।

* * *

# (২৯)

# চিড়া মহোৎসব

নুমিৎ তরামরিনি শুবা নুমিৎতা চিড়া মহোৎসব সেবা থোকই। নুমিৎ অসিদা শ্রীগৌরচন্দ্র ইবুঙোনা পেনবিনবগীদমক হরি সঙ্কীর্ত্তন সেবাগা লোয়ননা পাংথোকপীগনি।

**ভেক কৎনবা সেবা থৌরাং:**

শ্রীগৌরচন্দ্র ইবুঙো লেংঙকপদা ঙাইহাক্তং বিশ্রাম ওইনবগী মফম অমা শেম শাদুনা থমগনি। মদুদা ধুপ, দীপ, লৈ, তুলসী পত্র, চন্দন্নচিংবা য়াওগনি।

অনিশুবদা প্রণালিকা (অশেংফম) শেমগনি। ইবুঙোনা ঙাইহাক্তং লেংশিন্নবা আসন অমা থাদুনা থমগনি। তিল্লোক ধারণ তৌনবগী চন্দন উপু অমা, মিংশেল মচা ১, চন্দন মৃত্তিকা, উগী জল পাত্র, খুৎ শেংদোক্লবা ছানা অমা, জল পাত্র, কুশি, তুলসী পত্র, লৈ মনম নুংশিবা খরা, লৈ পরেং অমা, হৈরুক পানা, ধুপ, দীপ, সেবাগী

মতমদা ফম্লবা ফক মচা অমা, সিদ্ধ প্রাপ্তি ওইখীবা অদুনা নিপা ওইরগা ফৈজোম অমা, নুপী ওইরগা ফনেক অমা ইন্নফি অমা, মালা, মালাখাও অমসুং নামাবলি লোয়ননা দক্ষীনা খর থমগনি।

অহুমশুবদা, ভাগবত সেবাগী মফমদা ফক মচা অমা থাগনি। লাইরিক ফাল, লাইরিক বরী ফি অমা, জল পাত্র, কুশি, চন্দন, তুলসী পত্র, লৈ, লৈ-পরেং, ছানা অমা; হৈরুক পানা ধুপ দীপ, দক্ষীনা অমসুং ব্যাস আসন অসিনচিংবশিং অসি ফজনা লাংদুনা থমগনি। কনাগুম্বনা শ্রাদ্ধা নুমিৎতা লাইরিক তৌদবসু য়াওই।

মরিশুবদা, শয্যা পোৎলমশিং ভেক কৎনবা মফমদা শেমগনি। স্বামীজী গুরুদেবগী কৎনবা বর্হিবাস লৈহাও লৈবেনগী মচু মানবা ইন্নফি অমা, নুপী ওইরগা ফনেক অমা, নুপা ওইরগা ডোর কৌপিন, তুপী ফক অচৌবা অমদা ফি অঙৌবা অমা থারগা উগী মোন ফি অমোনবা অমা থারগা শেমগনি। শামতু নৎত্রগা লংজম ফি অমা ঙম্লবদি কোল-লিকনচিংবা য়াওনা লাংবিগনি।

মঙাশুবদা, মাধুকুরিগী মফম শেম্বা। মধুকুরিগী মফমদা ইবুঙোগী লেংশিন্নবা আসন অমা থাদুনা থমগনি মদুদা ঝুলি তুপী য়েনপাক কাথারি, দণ্ড থমগনি। ইবুংঙোনা ভিক্ষা লেংঙকপদা কৎননবা চেং হৱাই, আলু মনা মশিংনচিংবা থমবিগনি।

তরুকশুবদা, চিড়া অমদি সন্দেশ কৎনবা মফম শেমগনি। চিড়া অমদি সন্দেশ কৎনবা মফম অদুদা আসন অহুম থাদুনা থমগনি।

লুকফম অহুম থাদুনা থমগনি। লুকফমশিং অদুদা চেংপাক, কবোক অফাবা, শঙ্গোম অনৌবা, শঙ্গোম অফম্বা, চুহি, চিনি, ঘী, শঙ্গোম মপান, লফোইনচিংবা লোয়ননা ছানা অহুম, জল পাত্র অহুম, লুক অহুমগী দক্ষীনা থমগনি।

তরেৎশুবদা, শ্রীগৌরচন্দ্র ইবুঙোগী বেশ রচনা তৌনবগীদমক খ্বাংচেৎ নমখাং, কোকথোন লাংদুনা থমগনি অদুগা ইবুঙোনা লেংশিন্নবা ফজবা আসন অমা থাদুনা থমগনি।

নিপালশুবদা, শিতল ভোগ কৎনবা থল্লিবা অদু ব্রাহ্মণ অদুনা শেল্লগা ইবুঙোদা সেবা ওইগনি।

মাপলশুবদা, অষ্টদল শেমদুনা কুঞ্জ আসন শেমগনি। অঙম্বা হৈরুক পানা, হৈ-রা থাগনি। লৈ, চন্দন, তুলসী পত্র, ধুপ দীপ অদুগা আরতি কৎতুনা ভেক কৎপগী সেবা লোইশিল্লি।

* * *

# (৩০)

# সঙ্কীর্ত্তন

কলিগী জীবনা লান্নবা পাম্বৈদি হরিনাম সঙ্কীর্ত্তনতনি। মসি কলিদদি মহাযজ্ঞনি। মাধুর্য্য, প্রেম অমসুং সুখ অহুমগী ঈচেন্দা মুক্তিগী পঙ্ঙুংনি। মণিপুরদা চৎনরিবা নট সঙ্কীর্ত্তন নবদ্বীপ্তা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা হৌদোকখিবা হরিনাম প্রচার কীর্ত্তন্দগী ওইরকপনি। মসিবু শকচবা শোঞ্জবা তাজবনা ভক্তিগী অমতা ঙাইরবা লম্বিনি। সাধনাদা অয়ৌবা থাক্লি। ললিতা বিশাখানচিংবী ব্রজগী সখীশিংনা ইবুঙো ইবেম্মনা পেনবীনবগীদমক কীর্ত্তন তৌজবা শকচ-শোঞ্জবা অদুগী ভাবতা ভক্তশিংনা রস চুপচবনি। অমরোমদনা প্রভুগী তিন বাঞ্জা মপুং ফাহনবদা হরিনাম প্রচারদা যুম্ফম ওইবা কলি জীবনা লান্নবগী পাম্বৈনি।

মণিপুরদা চৎনরিবা নট সংকীর্ত্তন নামগী গুণনা থল্লবা মধুর প্রেম রসনা মপুং ওইরবা কীর্ত্তন্নি। 'নট' হায়বদি "প্রেমদা লুপ্তুনা মখল

মখলগী মশক মওং ওইরকপা, ইবুঙোগী থৌদা পাংথোকপা অদুবুনি"। মসিদা কায়নবা অমসুং থুংনবগী মখল অনিদা মপুং ওইরগা মচা মচা খায়দোক্তুনা রস ৬৪ (হুম্ফুমরি) থোক্লা কবিশিংনা শেম্মী। অসিগুম্বা থুপ্লবা সঙ্কীর্ত্তন অমদা রাগ-সঞ্চার তিন্তাল, ঘাট, মেল, তানচপ (বিশ্রাম), মেনকুপ (সম্ভোগ-স্বাধিন) প্রার্থনা, নিত্যাইপদ জয়ভাইনচিংবা হায়রিবা তাঙ্ককশিং অসি অমা ৱাংপদা নট সঙ্কীর্ত্তন কৌদে। সঙ্কীর্ত্তন তৌরিবা মফমবু ব্রজভাবতা রাসমন্দল অমসুং নবদ্বীপ ভাবতা নাম প্রচার ওইনা থম্মী।

সঙ্কীর্ত্তন্দা শরুক য়ারিবা পুং য়েবা, ঈশৈহনবা, দুহার, খোনপাংবা, পালা, সঙ্কীর্ত্তন মপু, মাঙুপ মপু, অরাংফম, সম্ভাসা, মাইকৈ মরিদা ফল্লিবা লাই ওইখ্রবা ভক্ত বৈষ্ণবশিং অদু লাক্তুনা ঋতুগী মতম নাইনা লেংঙক্তুনা ফম্বাঁরে সঙ্কীর্ত্তনগী অকোইবদা শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা খোংহাম্ফম য়াওদবা য়াদে। কনাগুম্বনা ফিরোইদসু য়াওনৈ। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগী মতমদা লৌখৎখিবা সঙ্কীর্ত্তন বিচারগী অশম্বা খরদি পুংয়েবা শ্রীঅদ্বৈত তুংইনবা শ্রীগোবিন্দ ঈশৈহনবা শ্রীবাস, দুহার শ্রীনিত্যানন্দ, খোনপাংবা শ্রীগদাধর, পালাদা শ্রীমুকুন্দ, মুরারি শ্রীরূপ -সনাতন দামোদরনি অদুগা সঙ্কীর্ত্তন মপুনা শ্রীচৈতন্যদেব ভাবক মকোক্লা মাধবেন্দ্র পুরিনা ওই।

পুং, করতাল অমসুং খোঞ্জেলনা সঙ্কীর্ত্তনগী মপুংনি। নবদ্বীপ কীর্ত্তন বিচারশিংদা মোইবুং খোংবা য়াওদে। মণিপুরগী নট সঙ্কীর্ত্তন ব্রজভাবতা য়ুম্ফম ওইরগা মোইবুং খোংবা য়াওই। কলিগী মহাযজ্ঞদদি

সঙ্কীর্ত্তন্দা মোইবুংনা জয়ধ্বনি তৌগনি। অস্থি সঞ্চয় অমসুং খুল্লক্কী লুহোংবদদি মোইবুং খোংবা য়াওনদে।

পুংগী নুংগী ওইবা ভাবতি শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তি, ইবুংঙোগী শ্রীঅঙ্গগী মশক লৌবনি। *"পুংগী পুংমাই অনি অসি কৃষ্ণগী মীৎনি হায়না খনগনি। পুংদা তিংলিবা শঙনগী মরিশিংনা সখি ৬৪ (হুম্ফুমরি) নি খনগনি। পুংগী পুংলিনা ইবেম্মগী খ্বাংলিনি খনগনি। মরু অমসুং মনাওগী খুদোপ অনিনা ইবেম্মগী খুজি ওইনা খনগনি। পুংগী নাওথোং চগোদা সখি নিপান্না থৌগল্লি"*। পুংনা ষোলনাম মন্ত্র শোন্দুনা সঙ্কীর্ত্তন্দা রাধা কৃষ্ণগী রস শকই। নবদ্বীপকী রসদা শ্রীঅদ্বৈতনা হুঁকার তৌদুনা শ্রীগৌরচন্দ্রবু হৌদোকই। মরম অসিনা ইবুঙোগী মশক ওইরবা পুংনা অহানবদা রাগ হৌদুনা সঙ্কীর্ত্তন হৌই।

'তিন বাঞ্ছাগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধিকাদা হায়খি - *"হে রাধে ঐসে নংগী থম্মোয়দা লেংদনা লৈরসনু"*। মতমদুদা ইবেম্মনা ইবুঙোদা হায়জে - *"হে প্রভো ! ইবুঙোনা ঐগী মিংবু নিংশিংবিরকপা, শোনবিরকপা মতমদা ঐহাকসু ইবুঙোগী খুৎনা থোন্ননবা করতালগী মশক ওইজগে, ইবুঙোগী নাম শোঞ্জগে"*। অসুম্না শ্রীমতি রাধিকাগী থবাক্কী মশক ওইবা করতাল পোকখি। খোঞ্জেলদি রাধিকাগী খোঞ্জেলনি, মচুনা কাঞ্চন বর্ণনি। করতাল মরিবু ইবেম্মগী শম্লাং বেণী ওইনা খনগনি।'

সঙ্কীর্ত্তনগী মূর্ত্তিদি ইবুঙো-ইবেম্মা অনিগী অপুনবা মূর্ত্তিনি।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দ, অদ্বৈত, গদাধর, শ্রীবাস মঙা অসিবু পঞ্চ তত্ত্ব কৌরে। মঙা অসি পুল্লগা সঙ্কীর্ত্তন কৌরে। অসিগুম্বা সঙ্কীর্ত্তনবু, লৈ-চন্দন, ধুপ, দীপ, পানা মঙা অসিনা ঘটকা লোয়ননা পূজা তৌজরগা পঞ্চ তত্ত্ববু য়াকায়হনগনি।

**সঙ্কীর্ত্তন অমসুং অৱাংফম:**

সঙ্কীর্ত্তন হৌদ্রিঙৈগী মমাংদা য়ুম্বু অমসুং অরাংফম্না ধুপ থাউমৈ কৎতুনা ঘট পূজা তৌদুনা ইবেম্মগী মফমদা চংজগনি। বার্ত্তোন তৌদুনা লেংশিল্লক্লিবা ইবুঙোবু খুরুমজগনি; লৈন চিংবা কৎচরগনি।

পুং য়ৈবা, ঈশৈ হনবা দুহারনচিংবনা ঈশৈ হৌনবগীদমক অরাংফমদা চংদুনা ঘট পূজাদগী খুরুমজদুনা য়াথং লৌজগনি। অরাংফম্না পান্না তাঙ্গা অমসুং লৈ পীদুনা ঈশৈ হৌবা য়ারে হায়দুনা খংহনগনি। অরাংফমগী য়াথং য়াওদনা সঙ্কীর্ত্তন হৌবা য়াদে। মসিগী ফজরবা নুংগী ভাব য়াম্না লৈ।

মাণ্ডপকী ময়ায়দা পুং য়ৈবা, ঈশৈহনবা দুহার, খোনবাংবা অমদি পালাশিংনা সঙ্কীর্ত্তন হৌনবা মফম চানা মণ্ডলি ওইনা কোইশিন্দুনা লৈরবা মতুংদা সেবাকারি অরাংফম্না গন্ধ -চন্দন, পানা গ্বা বোরি ফিনচিংবা কৎকনি। অদুগী মতুংদা কর্ম্মধারিনা চংদুনা পুংয়ৈবা অনিদা অদুদগী ঈশৈ শকপা, দুহার খোনপাংবা অমদি পালা পুম্নমক দণ্ডবৎ ভক্তি তৌদুনা খুরুম্নগা মণ্ডপ মপু, মোইবুং খোংবা অদুদগী ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, বৈষ্ণবী অহল লমন্নচিংবা মমাংদা ফমলিবা খরা খুরুম্নগা

সঙ্কীর্ত্তন হৌদ্রিঁঙেগী মমাংদা দুহারনা লেপ্লিবা অদুগী মতুংদা খুরু-খুদক্লা ফমদুনা শরণি ভক্তি তৌদুনা লৈগনি। মাগুপ মপুনা জয়ধ্বনী লাওবগা লোয়ননা সঙ্কীর্ত্তন হৌরগনি। পুংগী রাগ সঞ্চার য়ৈরবা মতুংদা ঈশৈগী রাগ হৌগনি। পুং অমসুং ঈশৈগী রাগ লোয়রবদি সঙ্কীর্ত্তনগী মূর্ত্তি শাগৎপা মপুং ফারে। সঙ্কীর্ত্তন অদু রাগ লোয়দুনা নবদ্বীপ গৌরাঙ্গ হেক তাবা মতমদা মাগুপ মপুনা ফি ওইরবসু নৎত্রগা শেল ওইরবসু পুংয়ৈবা ঈশৈ শকপা দুহার খোনবাংবা মণ্ডা অসিদা কৎলগা ভক্তি তৌগনি। মাগুপ মপুনা সঙ্কীর্ত্তন মনুং চংদ্রিঁঙেগী মমাংদা কনা অমত্তা চংদুনা ভক্তি তৌবা য়াদে। সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ অদুনা বৈঠা হেক তাগ্রবদি পুন্নমক চণ্ডদুনা ভক্তি তৌবা ফিরোল শেল কৎপা য়ারে। সঙ্কীর্ত্তনগী বৈঠা লোয়রগা মেল হেক শাবা হৌবদা ফি অমমম পালা পুন্নমক সেবা ওইগনি।

সঙ্কীর্ত্তনগী কায়াৎশিংদি: রাগ, সঞ্চার, তিনতাল, ঘাট, মেল, তাঞ্চপ, মেনকুপ অসিনচিংবশিং অসিনি। রাগনা হকচাং কায়াৎ শাগৎপনি। সঞ্চারনা থব্বাই হাপ্পী। তিনতালনা রাধা কৃষ্ণ অনিনা অমতা ওইনা ফোংবিরকপা শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী রূপনি। ইবুঙোগী ৰাশক অহুম পাংথোকপবু তাকপনি। ঘাটনা ব্রজভাব অমসুং নবদ্বীপ লীলাগী রস অনিগী তাইনফমবু ফোংদোকপনি। মেলদা পুং ঈশৈ অমসুং অভিনয়গী অয়ৌবি থাকনি। তাঞ্চপ "কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে" ষোল নামগী শব্দ ফোংদোকপনি। মেনকুপ্তা মধুর প্রেমগী রস লৈ, সম্ভোগনি, ভক্তশিংগী নিংজ পামজবনি। লোয়ননা ইবেম্মগী

ইন্না পিণ্ড অমনা শুমাঙদা মায় মখা ওন্দুনা লুখুমদা পীগনি, অনিশুবা পিণ্ডনা অশিবা অদু পুদুনা চৎপদা থোঙ্গান্দা পীগনি অদুগা অহুমশুবা পিণ্ড অদুনা মোংফম য়ৌরবা মতমদা পীগনি। অদুদগী মৈ পূজা লোয়রবা মতমদা মৈ কোয়দুনা অশিবা হকচাং অদু মৈদা দান কত্তুনা পোৎলোয়গনি। ঈরুরগা কাখৎলক্তুনা মৈ ওক্লগা তুলসী মচুম থক্তুনা ইমুংদা চংবা য়ারে। শিবগী নুমিৎ অদুদগী প্রেত কর্ম্ম শ্রাদ্ধ য়ৌদ্রিফাওবা দশাহ মনুং অদুদা ইমুং মনুংগী দশা লাংফম কোক্লবা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌহন্দুনা তাবা ফৈ। পুরক পিণ্ড নুমিৎ তরানি পীগনি অদুগা ধারাদি নুমিৎ খুদিঙ্গী হৈগনি।

গীরা থাংগদবা মী অদুনা কোক তুমদুনা ঈরু মায়থজরগা ঈশিং শ্বাংয়ৌনা কুম্লগা মমায় মখা ওন্দুনা পুরোহিতনা তাকপা মতুং ইন্না চেং-থোইদিং তিংথৌ লফোইনচিংবা খালি তুঙ্গাদা হাপ্তুনা কৎকনি। লৈপুং অমা থোল্লগা খুকউ লৈবাক তানা মায় মখা ওন্দুনা লৈপুংগী মথক্তা পিণ্ড পীগনি। ক্ষেত্রিগী ওইনা শিব নুমিত্তগী নুমিৎ মাপন্নি শুবা ফাওবা পীরবা মতুংদা লেপ্লগা নুমিৎ তরানিথোইনি শুবা নুমিত্তা অমুক পীদুনা পুন্না পিণ্ড তরা পীরগা লোয়শিনগনি। পিণ্ড পীরিঙৈগী মনুংদা পুং ঝান য়েদুনা ঈশৈ শক্তুনা উচেক ব্রাইয়াশিংগী মখোল তাদনবা তৌগনি। নুংথিল নুমিদাংব্রাইগী মতমদা কোম অমা শেমদুনা ধারা হৈগনি। কোম অদুদা লফু তুঙ্গা থম্বা য়ানবা চৈ মচা অহুম ফৈদুনা থমগনি। লফু তুঙ্গা অনি শেম্লগা অমনা ময়াইদা হুৎলগা লফোই হাপ্তুনা কোমগী চৈ মথক্তা থমগনি। মদুগী মথক্তা ঈশিং অমসুং

শঙ্গোম হৈগনি। ধারা হৈবগী নুংগী ওইবা অর্থদি প্রেত অদু ঈশিং অদুনা ঈরুজথোক্লগা নুঙাইনা লৈদুনা শঙ্গোম অদু থক্লগা অরাম খৌরাং কোক্লবনি।

পুরক পিণ্ড দানগী লাংগদবা পোৎলমশিংদি চাক নৎত্রগা য়াম, লফোই, শঙ্গোম, খোইহি, ঘী, চেং-থোইদিং হৈরুক পানা, লৈ তুলসী, কুশ, তিংথৌ, ধুপ থাওমৈ, লং শামতু, কোরিগী পাত্র, খুজাই, খালি তুঙ্গা অহুম। মুর্ত্তিকাদি নোংমা নোংমগী মশিং হেঙ্গৎতুনা তরা শুবা ফাওবা কৎকনি।

**অস্থি সঞ্চয়:** পোরোক শোনবা লোইরগা চিন্তামণি অদু শেংদোক্কনি। চিন্তামণি শেংদোক্লবা পোৎলমদি মথক্তা বৈরাগ্যগী অস্থি সঞ্চয়দা য়াওখিবা শেংদোকপগী পোৎলমশিং অদুগা চপ মান্নে। প্রেতগী অস্থিদি ভাগবত লেংশিন্দুনা আরতি সেবা ওইদে। মুগাগী (সনা মচুগী) ফৈজোম্না য়োম্লগা কব্রং লংলা তরেৎনা পুন্সিন্দুনা পুশিল্লক্লিবা চিন্তামণিদা লৈসু কৎলগা লোইশিল্লি।

**য়ুম শেংবা:** শিবা নুমিত্তগী নুমিৎ তরানিথোইনি শুবা নুমিত্তা য়ুম শেংগনি। মসিনা ক্ষেত্রিগীনি। ব্রাহ্মণগী ওইরগদি নুমিৎ তরানিদা শেংগনি। অদুনা পুরক পিণ্ড তরা পীবদা ব্রাহ্মণগী ওইনদি লেপ্তুনা শিবা নুমিত্তগী য়ুম শেংবা নুমিৎ ফাওবা পীগনি অদুগা ক্ষেত্রিগী ওইনদি নুমিৎ মাপন্নি শুবা ফাওবা পীরবা মতুংদা লেপ্লগা তরানিথোইনিশুবা য়ুম শেংবা নুমিত্তা অরোয়বা তরাশুবা পিণ্ড অদু

পীরিবনি। পুরক পিণ্ড দান পীবা লোয়রগা গীরা থাংবনা কোক লূ তুমদুনা ঈরুজথোক্লগনি। মাই নোংপোক ওন্দুনা ফম্লগা ব্রাহ্মণনা হকচাং শেংদোকহল্লগনি। ব্রাহ্মণ পুরোহিতনা তাকপা মতুং ইন্না মাংদা লৈরিবা পোৎলমশিং অমমমদা ওইনা শোক্কনি। অসুম্না ব্রাহ্মণনা হকচাং শেংদোক্লবা মতুংদা তুলসী পত্রনা জলগা লোয়ননা ইমুংনচিংবদসু শান্তি তৌথোক্তুনা শেংদোক্কনি।

মথংদা চতুর্থ শান্তি তৌনবা অরাংফম্মা মপোৎ মচৈ লাংদুনা থমগনি। মাগুপ খল্লিবা অদুগী ময়ায়দা খালি তুঙ্গা/ দোনা মরি থমগনি। শগোলহব্রাই চিনি অকেংবা খর থমগনি। সনা, লুপা, য়োৎ, মৈহুম, কোরিগী তেঙ্গোৎ মচা অমা, ভোজ অমা, হৈরুক পানা ধুপ থার্উমৈ, লৈ তুলসী পত্র, তিংথৌ কুশনচিংবা মফম চানা শেমদুনা থমগনি। পুরোহিতনা তাকপা মতুংইন্না পাত্র অমমমদা ওইনা শান্তি তৌগনি। মথংদা চেং থোইদিং লৈ চন্দননচিংবা, হৈরুক পানা ধুপ দীপ ভুজ দক্ষিনা বিষ্ণুদা কৎচদুনা অঙ্গ প্রায়শ্চিত তৌগনি।

মথংদা হেমগর্ভ তিন দান কৎনবগী পোৎলম লাংগনি। পোৎলমশিংদি -আসন অমা, হৈরুক পানা, ধুপ দীপ, থোইদিং সনা অমসুং কোরিগী পাত্রনি।

**প্রেত শ্রাদ্ধ**

অশেংফম শৈজাগী পোৎলমশিং লাংদুনা থম্লগনি। অশেংফম শেম্লবা পোৎলমশিংদি: চন্দন উপু, চন্দন, ছাপা, শমচেৎ মিংশেল,

উরিক-নুগুণ ফক মচা অমা, ফৈজোম, (নুপী ওইরগা) ফনেক ইন্নফি।

**শৈজাগী পোৎলমশিংদি:** উপু কাংথোল, মোন, মোনপাক, মোনখুম, মোনপাকফিদক, ফৈজুপ মরোল অহুম, কাংখল, ফক অচৌবা অমা, ফৈজোম/ ফনেক ইন্নফি, চফু-উয়াল, খাবৈ চেগপ, পুখম তেঙ্গোৎ, গিলাস, ছাতিন, চেংফু, য়োৎশবি, চেংজামুক, কোঙৌগী খুদেং, মৈফু, য়োৎ-থাং, হৈজ্রাং-কাতি, খুজিনথাং, মোরা, লালতেন, সেন্দন, ছাটিন/ য়েম্পাক অসিনচিংবশিং, ফৌ লিখাই অমা, থৌরি, থুম মপাক তরামঙা, হৈয়ান খর, চন্দন, ভুমী, শিন্দুর, মনাহি, থোইদিং, যব, কুশ, গোল মরিচ, থুম শমভোর, লং অহিংবা, শঙ্গোম, খোইহি, ঘী, বর্ত্তি, নগুণ কুনমরি (২৪), খুদৈ খরা, চান্দি য়াঙ্খে (৫০) সনা অশেংবা খরা, য়াম খরা, লৈ পরেং অমা, গোপাল দেবগী ফিরোল, কোরিগী পাত্র, কম্বি তরাতরোৎ (১৭), শিধা অহুম (৩), পিণ্ড কুপ্পবা ফি, ঘট চফু, কুশি তামি অনি (২), হকচাং শাবগী লফোই, হৈ মনম নাইবা, ক্বা মনা, সনা লুপা চেংনচিংবশিং অসিনি।

শ্রাদ্ধ শোনবা হৌনবগীদমক ব্রাহ্মণনা গোপালদেব নৎত্রগা শলগ্রাম চক্র লেংশিন্দুনা ঘট স্থাপন পঞ্চদেবতা পূজানচিংবা কৎলবা মতুংদা পোৎলম তরাতরুক্লা (১৬) অমমমতা ওইনা দান কৎলগনি। মসিবু ষোড়শ দান তৌবা হায়না খংনৈ। বিষ্ণুদা অসুম্না ষোড়শদান কৎপা অসিনা প্রেত অদু লান্নবগী অমসুং স্বর্গ ফংনবগী লম্বীনি।

ফিজেৎ লৈতেংবনি, স্বাধিন লৈ। অরাংফম্না ফিনচিংবা সেবা চংজরগনি। মথংদি জলকেলিনি। জলকেলি লোয়বগা অকংবা ফিজেৎ লৈতেংলগা ইবুঙো ইবেম্মা নিংথীবা আসন্দা লেংশিল্লগা সখিশিংনা প্রার্থনা তৌজবনি। মতাং অসিদা ব্রজলীলা লোয়শিল্লগা গৌরলীলা অমুক হঞ্জিল্লক্লে। সঙ্কীর্ত্তন লোয়রমদাই মতমদা অরাংফম সেবা কারিশিংনা গন্ধ চন্দন পানা ফিনচিংবা কৎতুনা অরোয়বগী সেবা তৌগনি। কুঞ্জ সেবা অরতিনচিংবা কৎলগনি। য়ুম্বু সেবাকারিনা সঙ্কীর্ত্তন মনুংদা চংদুনা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌগনি। থোক্লক্লগা মোইবুং খোংবা মাণ্ডপ মপু ভক্তি তৌগনি। অদুগী তুংদা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অমদি লেংবিরক্লিবা পুম্নমকপু খুরুমজগনি। পূজারি বামোনশিংনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমকপু সন্দেস য়েল্লগনি, সেবাকারিশিংনা দক্ষিনা য়েল্লগনি। নিত্যাইপদ তাবা মতমদা য়ুম্বু সেবা তৌজরিবশিংনা চংদুনা ভক্তি তৌজগনি। বৈদ্যদি আরতি কৎলবা মতুংদা অয়াম্বনা চংনৈ। সঙ্কীর্ত্তন বিশ্রাম ওইরে। চিড়া মহোৎসব সেবা লোইরে।

মতুং নোংমা কোনবদা শ্রীগৌরচন্দ্রগী পেনবিনবা মহোৎসব সেবা অমা কৎকনি। সেবা অদুদা মরুপ মপাং ব্রাবিখিবা পুম্নমকপুসু প্রসাদি ফংহনগনি। অসিগী মতুং অসিদি থা থাগী দিন তাবা খুদিংদা শ্রীগৌরচন্দ্র ইবুঙোগী পেনবিনবগী মহোৎসব সেবা ওইদুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবকী সেবা তৌজগনি। কনাগুম্বা ঙমদবনা ঠাকুর গাডিদা ঙমজবা খরদং লাংজদুনা সিধা ওইনা নোংমা অদুগী সেবা তৌজগনি। অদুগী

মতুং চহি অমা শুবদা সম্বৎসর মহোৎসব সেবা ওইগনি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব মরুপ মপাংবু প্রসাদি ফংহন্দুনা সেবা তৌজগনি।

* * *

**পোৎচং খরা:**

১) গৌরচন্দ্রগী খ্বাংচেৎ নমখাং, কোকথোন, উরিক ২, নগুণ১, বরতি মপুন ২, ঘী পাওব্রা ১।

২) নোনে লা মপুন, ক্বা মনা ফাই

৩) চেংপাক কিলো, কাবোক অফাবা, কাবোক অখিংবা খরা, শঙ্গোম অফম্বা উয়াল, শঙ্গোম অনৌবা কিলো থোইদিং অঙৌবা পাওব্রা ১/২, বেশন পাওব্রা ১/২।

৪) অশেংফম: চন্দন উপু মচা ১, লাইখুরুম ফক মচা১, খুজাই মচা১, মিংশেন মচা১, চন্দন অমুবা ১, উগী কুশি ১, ঝুলি খাও ১, মালা ১, মালা খাও ১, য়ুবী খুজাই/ চাইশেন, ফৈজোম/ ফনেক, লংহিং, ইন্নফি ১, নামা বল্লি মচেৎ ১।

৫) শৈজাগী: ফক অচৌবা ১, উগী মন ১, লম্বোই মচুগী ফৈজোম/ ইন্নফী/ ফনেক তুপী ১, ফিরেন ১, থাওমৈ ১, .....ন্দন ১ (অতৈ অতৈ অঙম্বা)

৬) পালাগী ফি: ক) অহৌবা কেদি অঙৌবা থাল
খ) মেন খুঁদে হঙ্গাম মপাল
গ) অরোইবা শানমানবী
ঘ) খুঁদে ২ কোনবী/ অহুমকোনবী মকোক ফিগোন
ঙ) খুঁদে অহুম্ কোনবী পাওব্রা তাবী ফিগোন
চ) কোক ৫

৭) মিস্ত্রি কিলো ১, য়ুবী অকংবা কিলো ১, হোপ কিলো ১/২, গুণ মরু, লোংপাল গ্রাম ২০০।

৮) লাফোই লাফাং ৪, য়ুবী ২, কিহোম ২, শেম ১০, কমলা ১০।

৯) চিনি অঙাংবা মপাক অচৌবা ১, লাল্লু ৬, লৈপাক হব্রাই হৈঙাল মপাক ৬, কাংশুবী মপাক ৬।

১০) শিদা অমগী মনামশিং খরা, কোবী খামেন অশিনবা, খামেন, অতৈ অতৈ হব্রাই মখল অহুম:

* * *

# (৩১)

# প্রেত শ্রাদ্ধ

শিব মতমদা বৈরাগ্য ওইনা চৎখিবগা বৈরাগ্য ওইদনা চৎখিবগা অনি অসি খরা খেৎনৈ। বৈরাগ্য ওইদনা চৎখিবদি অশিবা হকচাং অদু মাইবনা শেন্নদুনা পুথোরক্কনি। শুমাঙদা তুলসীবু কোয়রগা খাঙেনফমদা খল্লিবা শঙ মনুংদা থারিবা লাদা কোক অৱাং ওন্না থমগনি। শিরিবা অদুগী মচাশিং শম খুজিন্নচিংবা কক্লগা চেংহিনচিংবা লুবিদুনা ঈশিং লুম্বু লুম্বু শাবনা ইরুজবিরগা চন্দন চৱা ফজনা থিনবিগনি। লৈজবা অফবা ফি শেৎহনগনি, হিপফমদা অফবা ফি থাবিগনি, ফৈজুপ শুপ্লিগনি। পৈশা য়াওবা শেঙ্গাও অহুম শেন্নগা মাইবনা শিরিবা মী অদুগী লুখুমদা খোয়দৌদা অমদি খুয়াদা অমমম থল্লগা শিন্নগনি। অসুম্না মাইবনা শেমাজন শাজনবা লোয়রবা মতুংদা গীরা থাংগদবা মচানা ঈরুজরগা পিণ্ডাইগী পাত্রদা চাক থোংলগা নৎত্রগা য়াম্না পিণ্ড অহুম তাদুনা শেমগনি। পুরোহিতনা তাকপা মতুং

পোৎলমশিং অদুদি, ১) লৈবাক মতুম অমা, ২) ফমফম আসন অমা, ৩) ঈশিং হাপ্পা পাত্র অমা, ৪) ফি শেৎনবা অমা, ৫) থার্উমে অমা, ৬) অন্নদান, চাক নৎত্রগা তল, ৭) পান্ন তাঙ্গ অমা, ৮) ছাটিন নৎত্রগা, য়েম্পাক অমা, ৯) চন্দন্নচিংবা মনম নুংশিবা নৎত্রগা হৈ মনম নাইবা অমা, ১০) উঁহে খরা, ১১) লৈ পরেং অমা, ১২) ফমুং কাংথোন, ১৩) খোংউপ-খুরুম, ১৪) ষণবী দান (নৎত্রগা মমল খরা) ১৫) সনা অমসুং ১৬) লুপা।

অদ্য শ্রাদ্ধ শোন্নবা য়েম্পাক খুরুম য়াওগনি। অদ্য পীনবা খালি তুঙ্গা মরি (৪) চাক্লুক অহুম (৩), খাঁবৈ অমা, আসন অমা, পিণ্ড অমা পীনবা শেম শাগনি। অগ্নি দুক্ষ পিণ্ড অমসু পীগনি।

সপিণ্ড করন শোনবগীদি অনিকরণ অমসুং বিশ্বদেবগী চাক্লুক পুরোন অহুমগী চাক্লুক অমসুং অশিবগী চাক্লুক থাগনি। পুরোল অহুম অমসুং অশিবগী পিণ্ড পীগনি অদুগা বিশ্বদেবগীনা থোইদিংগী মহুত্তা যব ওইনা কৎতুনা পিণ্ড পীরোয়। নুপা ওইরবদি অশিবগী পিণ্ডদু অহুম থোক্লা খায়গনি অদুগা পুরোল অহুমগী পিণ্ডদা তিনশিগনি, নুপীগীদি খায়রোয়। পিণ্ড মথক্তা ফি অশেংবনা কুপশিনগনি। ব্রাহ্মণনা গোপলসহস্রনাম পাঠ তৌবিগনি। করিগুম্বা সঙ্কীর্ত্তন য়াওদুনা শোনবা শ্রাদ্ধ ওইরবদি মেন থারবা মতুংদা ইমুং মনুংগী মীশিংনা লৈ কৎপা য়ারে।

কর্তা অদুনা কৎপ্রবা পিণ্ড অদু পুরগা তুরেল/ ঈশিংদা থাদগনি। মফম অদু ফজনা শেংদোক্তুনা ব্রাই তৈথোক্লগা ঈরুজথোক্লগা শোল্লিবা

ব্রাহ্মণনা শান্তি তৌরবা মতুংদা মফি মরোল হোংদোক্লবা মতুংদা সঙ্কীর্ত্তন তৌফমদা চংদুনা অহানবদা পুংয়ৈবগী পুং অদু মখুৎনা শোক্লগা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌগনি। অদুদগী ঈশৈ শকপা অদুগী করতাল অদু মখুৎনা শোক্লগা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌরগা দুহার অমদি খোনপাংবা ভক্তি তৌরগা পালা পুম্নমকপুসু খুরুমলম্লগা থোক্লক্তুনা মণ্ডপ মপু, মোইবুংখোংবা দণ্ডবৎ ভক্তি তৌরগা অতৈ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, অহল-লমন মরুপ মপাং পুম্নমক খুরুমদুনা ভক্তি তৌগনি। মতাং অসিদা প্রেতকী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইরে।

## প্রেতা শ্রাদ্ধগী পোৎলম

১) বিষ্ণুগী খ্বাংচেৎ নমখাং কোকথোন, উরিক নগুণ, বরতি মপুন ১, ঘী পাওব্রা ১।

২) **পোরোক শেংদোকপা (য়ুমশেংবা):**

হৈরুক পানা, ধুপ-দিপ, চেং-থোইদিং, তিংথৌ, লৈ, সনা লুপা, য়োৎ-নুং, ঘী, খোইহি, সম্থি, শমজেৎ, নুংশেন, মৈহুম, পুংজাল, লাইরিক।

৩) **চতুরথ শান্তি:** সনা, লুপা, য়োৎ মৈহুম, চিনি অকংবা, শগোল হ্রাই, কোরি পাত্র (তেঙ্গোৎ), হৈরুক পানা, চেং থোইদিং, তিংথৌ, ধুপ-দিপ, খালি তুঙ্গা ৪।

৪) **ভোজ:** কঙ্গী/ চফু মচা ১৭, চেং খরা- হ্রাই মখল ৩,

সামোর থুম গ্রাম/ পাওৱা ১, গুনমরু গ্রাম, শিদা ৩, চেংফু ১, থৌরি ১, থুম-মপাক অচৌবা ১২, মচা ৩, ভুমিদান ১, য়োৎ, স্না, পৈশা, সনাচনিং ১ (অহুমথোক্লা খাইবা), ফৌ থুম্মোক ১, যব গ্রাম ২৫, থোইদিং অমুবা পাওৱা ১, নগুন ২৭ পিণ্ডগী য়াম/চাক, থোইদিং, খোইহি শঙ্গোম অনৌবা, অফম্বা, ঘী, হৈজ্রাং, কাতি, খুজিন থাং, শিন্দুর, মনাহি, হকচাং শেম্নবা লাফোই চংথোকপা ১, পূর্ণ পাত্রগী ১/২, য়ুবী ২, হৈ মনম নাইবা ২, ঘট চফু ১, পূর্ণ পাত্র ১ গী কাম্বী ১,

৫) **অশেংফম:** চন্দন উপু/ লুবাক ১, ফক মচা ১, উগী কুশি ১, নুংশেল মচা ১, খুজাই মচা ১, উরিক ১, চন্দন মতুম ১, চন্দনচৈ, শমজেৎ ১, ছাপা মচা ১।

৬) **শৈজা:** ফক অচৌবা ১, ফৈজোম/ ফনেক, ইন্নফি, ফিরেন ১ (অঙম্ব ফিরোন), থাও মনম নুংশিবা, কোনলিক, খুদেং, ছাতিন ১, নুংশেল, থাওমৈ।

৭) **ফমুং:** হিদান ১, কাংখল মখোং উপু/ ফিয়ানখোক, মোনপাক, মোন কাংখল, (অঙৌবা), মোনপাকফিদক ১, মোনখুম ১, মোন্দুম ১, কাম্বা অঙৌবা ১, ফৈজুপ হাকথং ১, ফকলোং ১।

৮) নোনে লা-মপুন, ক্বা মনাফাই

৯) পালাগী ফি: ১) অহৌবা নম, লেং (অঙৌবা), ২) .... ৩) অরোইবা নম, লেং, কোক, ৪) কোক ৫, ৫) খুদৈ, ৬) ভাবোক খুদৈ, ৭), বামোন চিনখুমফি, ৮) বৈদ্যগী ফি, ৯) লাইরিক বরিফি ১, ১০) শৈজা কুপনবা ফি অঙৌবা ১।

১০) হৈরুক: লাফোই লাফাং ৪, য়ুবী ২, শেম ৮, কিহোম ২, কমলা ৬, চিনি মপাক অচৌবা ১, কাংগুবী মপাক ৫, লৈপাক হৱাই হৈঙাল মপাক ৫, লাল্লু ৬।

* * *

# (৩২)

# সম্বৎসর (ফিরোয়)

অসুম্না শিব নুমিৎতগী প্রেতকী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পাংথোকপা নুমিৎ ফাওবা মথং মথং পিণ্ড দান্নচিংবা পীদুনা শ্রাদ্ধ শোল্লবসু জীব অদু মুক্তিদি ওইদ্রি। শিব নুমিত্তগী চহি অমা ফাওবা অসি প্রেত ওইনা অদুম লৈখিগনি। জীব অদু লানবীনবা প্রেত অদু মুক্তি ফংনবা সম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ চহি অমা হেক ফাবগা শোনবিগনি। অসুম্না চহি হেক ফাবদা সম্বৎসর (ফিরোয়) শোল্লবা মতুংদা জীব অদু মুক্তি ফংদুনা লানবিগদৌরিবনি। ফিরোয় শোনবদা গোপালদেব নৎত্রগা শলগ্রাম চক্র লেংশিন্দুনা পূজা কৎকনি। গোপাল সহস্রনামনচিংবা লাইরিক পাঠ তৌগনি।

**চংগদবা পূজাগী পোৎলমশিংদি:**

ঘট অমা, খোয়হি, শঙ্গোম, ঘী, য়াম, ফৌ, যব, শিন্দুর, মনাহি, থোইদিং, লৈ, তুলসী, তিংথৌ, কুশ, চন্দন, ধুপ-থাওমৈ, হৈরুক-পানা, কোরিগী পাত্র, কুশি-তামি, লং অহিংবা, দক্ষিনা

নচিংবশিং অসিনি। অদুগা অতৈ মরুওইবা পোৎলমশিংদি: থানবা পোৎলমশিং (ফক, থানবা ফি, মফি মরোল অসিনচিংবশিং), অশেংফম, পুর্ণ পাত্র অমা, লাইগী ফি, উরিক-নগুণ, যজ্ঞেশ্বর বস্ত্রপুরুষকী চাকলুক, অদ্যগা মান্নবা পীনবা পিণ্ড, লোয়নননা অগনি দক্ষ পীনবা পোৎলমশিংনি।

* * *

# (৩৩)

# প্রণাম বিধি (খুরুম্বা)

লাইবু ওইরবসু মীবু ওইরবসু পেনবীনবা ঐখোয়না খুরুমনৈ। মৈতৈ লৈবাক্তদি য়াম্না ঙল্লিঙৈদগী হৌনা খুরুম-খারুম্বা অসি চৎনদুনা লাকই। মসিদা নুংগী ওইবা ফজখ্রবা ভাব য়াম্না লৈ। মরুওইনা গৌড়িয়া বৈষ্ণব সম্প্রদায়দদি প্রণাম তৌবা খুরুম্বা অসিগী ভাব ওহ্নোক্না য়াম্না ৱাংনা লৈখ্রে। ঈশ্বরদা পুক্নিং লুপ্পা খুরুমজবনা ঈশ্বরনা পেনবীনবগীদমক্নি। বৈষ্ণবনা ননাইগী ননাইনি ঐনা মতোল্লে খন্দুনা হান্না খুকমজহৌনবা হোৎনবনা বৈষ্ণবকী থম্মোয়দা চেল্লিবা ৱাংখ্রবা ফিদম অদুবুনি। অসুম্না মী অমনা মী অমদা গুরুবু ওইরবসু মথক থোংববু ওইরবসু নৎত্রগা সমাজ তিনববু ওইরবসু নীয়ম খঙনা মফম চানা প্রণাম তৌজবা খুরুমজবনা মী 'মদুগী চাওখৎপগী থাক খঙনৈ। অদুবু খুরুম্বা অসি মফম মতম চাদনা পংখু খুরুম্বা য়াদে। খুরুম্লিবা অমদি খুরুমগদৌরিবা অনিমক্না খুত্তা চাক-ঈশিং, লাইরিক, লৈবাক,

মৈ, কুশ অসিনচিংবা পোৎ পায়রিঁঙেদা, চাবা থকপা তৌরিঁঙেদা, লাই পূজা তৌরিঁঙেদা, শেংদবা ফিভমদা লৈরিঁঙেদা, হোবে-হোবে, চৎলিঁঙেদা নিংথীনা ফমদ্রিঁঙেদা খুরুম্বা হৌনদে।

খুরুম্বা মখল অহুম থোক্লা তৌনে। ১) পাম্বোম অনি, ২) খুকউ অনি, ৩) কোক, ৪) ৱাহৈনা হায়নিংবা হায়বা, ৫) মিৎ উইশিল্লগা খুরুমজববু হকচাংগী মফম মণ্ডানা খুরুম্বা পঞ্চাঙ্গ প্রণাম হায়না খঙনৈ। অতোপ্পা অমনা ১) খোং অনি, ২) খুৎ অনি, ৩) খুকউ অনি, ৪) থবাক, ৫) কোক, ৬) মিৎ উইশিঙ্গবা, ৭) ৱাহৈনা হায়নিংবা হায়বা, ৮) পুক্লিং লোংদনা খুরুমজববু হকচাংগী মফম নিপান্না খুরুম্বা অষ্টাঙ্গ প্রণাম হায়না খঙনৈ। অদুগা অতোপ্পা অমনা খুৎ লোন্নদুনা লাইবক্তা থাঙ্গৎলগা লেপ্লগা খুরুম্ববু ত্রিঅঙ্গ প্রণাম হায়না কৌই।

নুপীনা খুরু খুদক কুন্না হকচাংগী মফম মণ্ডা শোক্লা হায়বদি পঞ্চাঙ্গ প্রণাম তৌদুনা খুরুমজগনি।

বৈষ্ণবশিংনা ইষ্টদেববু দণ্ডবৎ ৬ লক ওইরবসু নৎত্রগা ১৮ লক ওইরবসু নৎত্রগা ১০৮ লক ওইরবসু খুরুম্মৈ। পঞ্চাঙ্গদগী হৌরগা অষ্টাঙ্গ অমসুং ত্রিঅঙ্গনা লোয়বা খুরুম্বা অমুক্তা দণ্ডবৎ অমা হায়না খঙনৈ। অরোয়বগী দণ্ডবত্তা খোং য়েৎনা নমদুনা কারল চল্লগা খুৎসু য়েৎনা নমদুনা কারল চনগনি। খুরুম্বা পুম্নমক্তা খুজিন লোৎকনি।

শ্রীবিষ্ণুবু মশাগী ওইদা থমদুনা শক্তি অমসুং শিববু য়েত্তা থমদুনা গুরুবুনা মাংদা থমদুনা খুরুমজগনি। দেবীবু অমুক্তং কোয়রগা

খুরুমগনি অদুগা সূর্য্যদেববু তরেৎলক কোয়রগা খুরুমগনি। গণেশবুনা অহুম্লক কোয়রগা খুরুমগনি। শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমবদি মরিরক কোযরগা খুরুমগনি। শক্তিনচিংবা দেবীবু খুরুমবদা চিথেক অহুম নায়বা (ব) গী মওংদা খুরুমগনি। লাইগী মৈরম মখা থংবদগী হৌরগা কৌব্রু মাইকৈরোমদা চৎতুনা চিংখৈ ফাওবা য়ৌনা চৎলুবগা মখা মাইকৈরোমদা অমুক হল্লক্তুনা মৈরম য়ৌরক্লগা খুরুমগনি। মহাদেব খুরুমবদা থা মচৎ শানা অমুক্তং কোয়রগা খুকমগনি। লাইগী মৈরম থংবদগী হৌরগা কৌব্রু মায়কৈ য়ৌনা কোয়রুরগা হল্লক্তুনা হান্নগী মফমদা মৈরমদা খুরুমগনি।

দেবতা খুরুম্বদা খুৎ তিংথোক্লগা খুরুমগনি। সভা অমসুং পালা খুরুম্বদা খুৎ তিংথোক্লদে, চুম্না দণ্ডবৎ তৌবনা য়ারে। ভাবক খুরম্বদি মাঙ্গোল ফমেল মপাগী মখা থংবা নোংচুপ পরেংদা ফম্বা ঝামান্দি ব্যবস্থা অনি খুরুম্লগা মোইরাং লাইজি চেগপ্তা ফম্বা খুরুমদুনা মথং মথং মখা ভাবক লেং অদু খুরুম্বা লোইবগা অমুক হল্লক্তুনা নোংচুপ পরেং অৱাৎপদু খুরুম্মগা অৱাংলেং অমসুং নোংপোক খুরম্লগা মৈরমদা লোয়শিনগনি।

* * *

# (৩৪)

# দ্বাদশ তিলক

হকচাংগী মফম তরানিথোইদা থা তরানিথোইগী দেবতা তরানিথোই লৈরিবনি। মফম তরানিথোই অসি শোক্লা মাগী মাগী দেবতাশিং অদু হায়রগা চন্দন থিনবা (তিলক ধারণ তৌবা) অসিবু দ্বাদশ তিলক হায়না কৌই।

মফমশিং অদুদি:

| | | |
|---|---|---|
| ১) ললাটে | লাইবক্তা | ওঁ কেশবায় নমঃ |
| ২) উদরে | পুক্তা | ওঁ নাবায়ণায় নমঃ |
| ৩) বক্ষস্থলে | থবাক্তা | ওঁ মাধবায নমঃ |
| ৪) কণ্ঠ কুপে | খৌরিদা | ওঁ গোবিন্দায নমঃ |
| ৫) দক্ষিন কুক্ষে | য়েৎকী নাক্তা | ওঁ বিষ্ণবে নমঃ |
| ৬) দক্ষিন বাহুতে | য়েৎকী পাম্বোম মখাদা | ওঁ মধুসুদনায় নমঃ |
| ৭) দক্ষিন স্কন্ধে | য়েৎকী পাম্বোম মরুদা | ওঁ ত্রিবিক্রমায় নমঃ |
| ৮) বাম পার্শ্ব | ওইগী নাক | ওঁ বামনায় নমঃ |
| ৯) বাম বাহুতে | ওইগী পাম্বোম মখাদা | ওঁ শ্রীধরায় নমঃ |

| | | |
|---|---|---|
| ১০) বাম স্কন্ধে | ওইগী পান্বোম মকুদা | ওঁ হৃষীকেশায় নমঃ |
| ১১) পৃষ্ঠে | নঙ্গলদা | ওঁ পদ্মানাভায নমঃ |
| ১২) কটিতে | খ্বাংদা | ওঁ দামোদবায নমঃ |

তিলক ধারণ তৌগদবা চন্দন্দি শ্যামন্ধলি হায়বদি রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ড মৃত্তিকা হায়বদি গোপি চন্দন্না ওইগী খুবাক ময়ায়দা ঈশিংগা লোয়ননা তক্লগা য়েৎকী খুনিংথৌনা তিলক তৌগদবনি। য়েৎকী পান্বোম মথক মখাদা থিনবা মতমদা য়েৎকী খুনিংথৌনা ওইগী খুবাক ময়ায়দগী চন্দন অতকপা অদু লৌরগা ওইগী খুনিংথৌদা হাপকনি অদুগা ওইগী খুনিংথৌনা য়েৎকী পান্বোম মখা অমসুং মথক্তা থিনগনি। অসুম্না মাগী মাগী দেবতাশিং অদু হায়র হায়রগা থিনবা লোয়রবা মতুংদা খুবাক ময়ায়দা লেম্বা চন্দন অতকপা অদু লৌরগা শিক্ষাগী মথক্তা লব্রাই লেম্ফুদা হাপকনি।

* * *

## (৩৫)
# তিন বাঞ্চা

ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্ত মখল মরিগী প্রেমরস (নুংশিবগী মহাও) চুপ্পল্মী। মদুদি: দাস্য (মনাই ওইবা), সখ্য (মমান্নবা/ মরুপ ওইবা) বাৎসল্য (মমা মপানা মচাবু নুংশিবা), অমসুং মধুব (নুপা নুপী ওইনা নীঙনবগী ওইবা)। ব্রজদা বত্তক পত্রকনচিংবনা দাস্য ভাবকী ভক্তনি, সুবল, মধুমঙ্গলনচিংবনা সখ্য ভাবকী ভক্তনি, নন্দ যশোদানচিংবনা বাৎসল্য ভাবকী ভক্তনি অদুগা শ্রীরাধিকানচিংবী গোপীশিংনা মধুর ভাবকী ভক্তনি। হায়রিবা ভক্তশিং অসিগী প্রেমদা মশা মশাগী নুঙাইনবা অমতা য়াওদে মখোয়না কৃষ্ণগী নুঙাইনবা অমদি পেন্নবা অদুতা খল্লি। প্রেম রস মখল মরি অসিগী মনুংদা মধুর রসনা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংই। দাস্যদগী সখ্যদা, সখ্যদগী বাৎসল্যদা অদুগা বাৎসল্যদগী মধুরদা শ্রীকৃষ্ণনা রস চুপ্পগী মহাও হেঙ্গৎলি অদুগা ভক্তগী প্রেম্মা

ভক্তগী মখা পোনবগী চাংসু অসুম অসুম হেনগৎলি। মধুর রসকী অতোপ্পা মমিং অমনা শৃঙ্গার রস কৌই। দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য ভাব অহুম অসি পরিকরশিংগা শ্রীকৃষ্ণগা লৈনবা সম্বন্ধ অমনা ঙমখৈ নায়হল্লি। লৈনরিবা সম্বন্ধ অদুগী মতুং ইন্না শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌই। হেন্দোক্লা তৌদে। মধুরভাবকী পরিকর শ্রীরাধানচিংবগী ভাবতি শ্রীকৃষ্ণগা মখোয়গা করিগুম্বা মওংগী সম্বন্ধ অমতা লৈনদে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌনিংবগী খোয়রাংবা অদুদি মখোয়দা লৈরম্মী।

শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবগী শকওন্নী, মরমদি শ্রীরাধাদি শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী শক্তিনি। (নুঙাইহন্নবা শক্তিনি) হ্লাদিনীগী মচিনা প্রেম হায়না কৌই। প্রেমগী মচিনা ভাব হায়না কৌই। ভাবকী মচিনা মহাভাব হায়না কৌই। মহাভাব অসি শ্রীরাধিকাগী স্বরূপনী, মহাভাব অসিবু শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মচিনী হায়দুনা কৃষ্ণগী প্রণয় বিকৃতি (প্রেমগী শকওন) হায়না খংনৈ। শ্রীরাধাসে মহাভাবকী মশক্তি হায়দুনা মহাকপু শ্রীকৃষ্ণগী প্রণয়-বিকৃতিনী হায়রিবনী। মরম অসিদগী মহাভাব স্বরূপ ওইবী শ্রীরাধিকাসে হ্লাদিনী শক্তিনী। শক্তিগা শক্তিচেনবগা খেন্নদবগুম শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগসু খেন্নদে। মরম অসিনা শ্রীরাধাগা শ্রীকৃষ্ণগা 'একান্ত-নী' হায়রিবনি।

মধুর রস অসি অঙকপা অমনি। মসিগা অমুক মান্নবা অমা লৈত্রে। মধুর ভাবকী পরিকর শ্রীরাধিকাগী নুঙাইবদুগী মহাও শ্রীকৃষ্ণনা তংনীঙবনা খোয়রাঙউী।

*শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈব -*
*স্বাদ্যো যেনাদ্ভুতমধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।*
*সৌখ্যং চাস্যা মদনুভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভা -*
*ত্তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ ॥*

১) শ্রীরাধানা কৃষ্ণ ঐবু নুংশিবনা করম তৌরিগবা?

২) নুংশিবতনা ঐগী অঙকপা মীপুক হুবা মাধুর্য্য মহাও তংবদো মহাওদুনা করম তৌই?

৩) নুংশিবতনা খুদুম চন্দুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংবদগী শ্রীরাধানা ফংবা নুঙাইবদুনা করম তৌই?

অহুম অসিবু ফংনিংবদগী শ্রীরাধাগী পুকচেল অমদি কুচু লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা থা ওইদুনা শচী দেবীগী গর্ভ ঈপাক্তা চঙদুনা পোকখি। মসিবু 'তিন বাঞ্ছা' হায়না খংনৈ। ব্রজরাজ নন্দন ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিদি অচিন্ত্যনী, মীওইবগী ব্রাখন্না লাম্বা ফংবা নত্তে। অদুনা মহাক্লা মতম মতমদা শক্লোন য়াম্না লৌদুনা মফম ময়ামদা শক উৎপা ঙম্মী। ব্রজদা রাধাদগী তোঙানবা দেহ লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা শক উৎপীখি। অনিংবা অপাম্বা অহুম 'তিন বাঞ্ছা' অসি পাংথোক্লবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধিকাগা লোয়ননা দেহ অমতদা নবদ্বীপতা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা পোকখি।

* * *

# (৩৬)

## পঞ্চ তত্ত্ব

***পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপ স্বরূপকং।***
***ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যাং নামামি ভক্ত শক্তিকম্ ॥***

ভক্তগী মশক ওইরিবা স্বয়ং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য, ভক্তাস্বরূপ (শ্রীনিত্যানন্দ), ভক্তবতার (শ্রীঅদ্বৈতাচার্য্য), ভক্তনি হায়না খংনরবা (শ্রীবাস) ভক্ত শক্তিকম্ (শ্রীগদাধর) - তত্ত্ব মঙা অসিবু কোল্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা খুরুমজে।

তত্ত্ব মঙা অসি মশক অমতনি, অদুম্নদি ওইরগা রস চুপ্লবগীদমক তোঙান তোঙান ওইরগা হন্দক কলিযুগ অসিদা পোক্লরিবনি। নবদ্বীপ লীলাদা স্বয়ং নন্দগী মচা নুপা শ্রীকৃষ্ণদুমক্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ওইনা অবতার তৌবনি। মহাক্না ভক্তগী মওং লৌই হায়দুনা মহাক মশামক ভক্তরুপনি। নবদ্বীপ্তা মহাক মুল তত্ত্বনি। মশাগী অনীঙবা ইচ্ছা শক্তি শিজিন্নদুনা অতোপ্পা তত্ত্ব মরি অমসু উৎপীরম্মী।

**ভক্তাস্বরূপ শ্রীনিত্যায়নন্দ:** কৃষ্ণবতারগী মতমদা বিলাসরূপ শ্রীবলদেব ওইনা অবতার তৌই। শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু ইবুঙো অসি পরব্যোমদা সঙ্কর্ষণ হায়না কৌবা, বিরজাদা মহাবিষ্ণু হায়না খংনবা, শেষ অনন্তনচিংবা কৌবা শ্রীবলরাম ইবুঙোগী অংশ কলানা ওইবনি। অদুগুম্বা বলরাম অদুনা হন্দক কলি যুগ অসিদা শ্রীনিত্যানন্দ হায়না কৌদুনা পোক্লগা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী নিঙক নিঙকপা পুক্লিংগী অপাম্বা পুম্নমক অদুবু সেবা তৌদুনা মতম পুম্নমক্তা পেনহল্লি। মরম অদুনা শ্রীগৌরাঙ্গচন্দ্র ইবুঙোগী শ্রীচরণবু সেবা ফংগে হায়রবদি শ্রীনিত্যানন্দ ইবুঙোগী কৃপা নত্তনদি ফংবা ঙমদে।

**ভক্তাবতার শ্রীঅদ্বৈত:** শ্রীকৃষ্ণ লীলাদা শ্রীসদাশিব ওইনা অবতার তৌই। শ্রীঅদ্বৈতচার্য্যসে শংশংবা ঈশ্বরনি। শ্রীঅদ্বৈতবু শ্রীগৌরাঙ্গনা গুরুনি হায়না নিংই অদুগা শ্রীঅদ্বৈতচার্য্যনা শ্রীগৌরচন্দ্রগী মনাইনি হায়না নিংজে। শ্রীঅদ্বৈতচার্য্যগী মতিক মগুন্দি মীওইবনা শিংথাবা ঙমদে; মহাক্না কৃষ্ণবু পোকহল্লি অদুগা জগৎকী জীববু লানবিহল্লি। শ্রীহরিদগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়দুনা মহাক্কী মমিং অদ্বৈত হায়না কৌই অদুগা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু তাকপী তম্বী হায়দুনা আচার্য্য হায়না কৌই। অনি অসি পুল্লগা অদ্বৈতচার্য্য হায়না কৌরিবনি। ভক্তিগী গুরুনি। মশামক্না ঈশ্বর ওইনমক ভক্ত ওইনা অবতার তৌবিরম্মী হায়দুনা শ্রীঅদ্বৈতবু ভক্তবতার কৌরিবনি।

**ভক্তাখ্য শ্রীবাস:** শ্রীবাস পণ্ডিত নারদ মুনিনা অবতার তৌদুনা কলি যুগ অসিদা মহাক্কী মন্দিরদা নুমিৎ খুদিং ভক্ত বৈষ্ণব পুম্নমক্না

লোয়ননা হরি সঙ্কীর্ত্তন তৌই। মমাংঙৈগী শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মগী ভাব নিংশিংজদুনা নুঙাইবা রসপু চুপলি।

**ভক্তাশক্তিকম শ্রীগদাধর:** শ্রীগদাধর পণ্ডিত শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনা পোকপনি। ভক্ত শক্তি তত্ত্বনি। শ্রীমন মহাপ্রভুগী নুঙগী ওইবা শক্তিনি। শ্রীগদাধর পণ্ডিত গোস্বামীসিগী তত্ত্ব থিরগদি মহাক স্বরূপ শক্তিনি। শ্রীগৌরাঙ্গচন্দ্র ইবুঙোনা শ্রীগদাধর হেক উবদা শ্রীমতি রাধিকাবু নিংশিংই। ইবেম্মগী ৱাখলদা রসপু চুপচরি অমদি নুঙাইবা ফাওজরি।

* * *

# সৎ-চিৎ-আনন্দ।

১) লোম্বা নাইদনা হিংবা - সৎ

২) লোম্বা নাইদবা জ্ঞান - চিৎ

৩) লোম্বা নাইদবা নুংঙাইবা - আনন্দ

অসিগুম্বা শক্তি মখলশিং অসি পরমেশ্বর ভগবানগা মতম পুম্বদা ভক্তি প্রেমগী সেবানা মরী লৈনহল্লি।




*হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।*
*হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে ।।*

* * *